# ইনোৎনি শৈরেংশিং



অইবী

*এম. বীমোলা দেবী*

# ইনোংনি শৈরেংশিং



অইবী

*এম. বীমোলা দেবী*

অহানবা ফোঙবা : ২০০৯ ইং, আগষ্ট

কোপি মশিং : ৫০০



ফংফম গোকপা : অইবী

অইবী : মংশাতাবম বীমোলা দেবী



মমল : লুপা ১৩০/-

নম্বা : সী.টি. ওপসেট প্রিন্টিং প্রেস, বাবুপবা, ইম্ফাল-১ (মণিপুর)

# খঙহঞ্জবা

সম্পাদক ওইজবিবা ঐহাক্না কলম্না খোর্জে ওইদুনা পুথোকচবিবা অসিদা অবান-অহুই কযা যাওববসু মতুংগী অনিশুবা পুথোকচবদ চুমথোক্লবগী খুদোংচাবা পীনবীযু।

অইবী

**এম. বীমোলা দেবী**

# য়াওফম তাকপা

# মঙাল

মৈঙালদুদগী ৱাখলগী মমি তারিবা;
লেপ্পা লৈতনা চেন্থরিবা তুরেলগী ঈশিংগুম,
উরক্লি মীৎশিনা অহাংবা মালংদা
শন্দোকখ্রী অদুদগীদি অমত্তা ওইশিনখ্রী।

কলম নহাকশু নথৌ ফেংলোবা,
ইয়াইদা তাওবা কোংগোলনী,
খুৎলাম তোয়নদি কৌরক্লি,
থেংখ্রে, থেংখ্রে অমুক পন্থরনু।

লেপ্পা লৈতনা শিংলিবা নুংশিৎশু
অযিংবগা পাংখক ওইববি;
নীদ্রা কৌবী লাইবেম্বী, নখুযাখাদা
পুনেমজবি, তুমহল্লো, তুমহল্লো,
শুব লক্তা তান থাবি,
অকাওবা লৈতনা নুমিদাংদুদা।



# খোঙচৎপু অসুম্না ওইহল্লি

ম্দুনি ঐনা পান্নিবা অশংবা, হঙ্গাম মপাল,
চীংমায চোল্লিবা;
আশা কযাদা নীংথিগ্লবা যেংবগী পেনবা নাইদেদা
থেল মচা, মচাশিংদো;
পুক্নিং কযাগী আশা তৌফম ওইবিদো।
হে! প্রকৃতি ইমা শকলোল হোং হোংদুনা
ঋতু তরুক্না থৌগল্লিবা;
নচাশিং কযাসু থৌগল তৌবিদো
মীৎযেং অমদগী পান্দম অমা;
লেপ্তুনা চেল্লিবা গাডিসু অসুম-অসম
পন্থুংফম তান্না চেল্লি, ব্রাখলসু
লেপ্পা নৈতে অদুবু পন্থুংদি অমত্তনি।

নমীদাংগী মৈঙাল্লক্তা শুম্মৎখি,
শৈবেংগী হৌবকফমসু ওইবি মতাং মতাংগী;
অমম্বনা অঙানববু কৈদৌরুনি তুমনিংলবা মতমদতা;
নীদ্রা কৌবী লাইবেম্বী নহাক্না
ঐবু তত্তনা কৌথোক্লি মৈঙালতগী ব্রাখলসে।



# নুংশিবা

নুংশিবা নহাক্তি শাগৈ লৈতে, জাৎ লৈতে,
তৎনা থানবা য়াদ্রবা নুংশি লিপুন্না শেল্লরে
হে! জগৎ;
অদুবু পুক্লিংদদি মীৎকুপ অমাখক্তমক
ওইরবসু ফিদা থাখি ঐগী হৌরকফম হায়বা;
হেনবদগী হেল্লবা নুংশিবা নহাক্কীদমক্তা
মীওইবা জাতিনা তৌঙমদবা লৈতে;
মদুমক্তি অতৈ কয়াবু তুংওইবীবিবা
খেৎনবা থম্লিবা।

মমিৎ তাঙই, মনা পংই হায়নবিবা
নুংশিবা নহাক্তি সুপ্নগী অমখক্তনি অমখক্তা
মীপাল তাঙদুনা হিংলবসু নুংশিবা
নহাক্তি পুক্লিংদা মনিং মখা তম্লি;
নুংশিবনা ওইহল্লি অমত্তা ওইবা সংসাব;
পোকপদগী শিবা ফাওবগী লংদাযনুংদা
ওইরিবশি "নুংশিবা" নহাক্লি।



# পম্তুংনি ঐখোইগী

থাপ্লবা তাল্লবা মীযাম্না কৃক কৃক ইন্নরিবা মফমদুবা
ঐখোইনা খোঙলোয়রক্লিবশে পান্দম অমদা;
ঙাইনবি অমগী মথং অমা লোইবা খম্বা নাইদে;
মথংদদি অনকপদা ফন্লিবা অরাপ্পদা লৈরিবা
খুদিংমকপু খুদোং চাবা পীরক্লি;
কেমেবা কযাগী মমাংদা শক তাক্লি
"মণিপুব" ফিজেৎ লৈতেংদসু।

ব্রাবৌবা লৈত্রবা থম্মোইনশু ওন্নথোক্লি
অদুবু অমুক হঞ্জল্লকই হান্নগী মফমদা
পীবিবি খুদোংচাবা কযা;
মথংদদি পুক্লিংশে কবিনো অমা তৌই-ইহাং
চাংলবা খুন্তাক লানশিবিবা
মফমদুদা শক্লি শৈহেক শৈদাদা
মশিং যামদনা তীল্লিবা মফমদুদা।



# ইমা মণিপুর

মণিপুর ইমা মহাক্কীদমক নচাশিং কয়ানা খুদোল তম্লরি;
লম্বীগী আওক ওকথোং কয়াদা ৱানা থিদুনা পম্থুং য়ৌরবি;
ঙাইহিরি নহাক্কী শকতম্বু য়েংনবগীদমক মথং মথংশিংনা;
নুমিৎ অদু লাক্লগনি য়ৌরক্কগনি মচানা
মমাবু কৈথেল কুম্লকপা ঙায়বগুম।

লৈতাদে পুক্লিংশে, ৱাখলশে ইরাং-লাংলি করি থোক্লগবা;
ওইখ্রশনু মদুসু মদুগুম্বা নত্রনে মতমগী ঈবোলনুংদা লুপখ্রশনু
বাবি নহৌগনি কয়ানা শোন্নহৌগনি কযানা ঈযাইদা তাওবা
কোংগোলগুম।



# খা-ৱাং খুচৎনি

চৎলি নুমিৎ খুদিংগী লেপ্পা লৈতনা
থেংনরুই কয়া তোঙাল্লি "ইমা মণিপুর"
নহাক্কী ফিজেৎ চকচা;
করিগীদমক, কনাগীদমক কমদৌনা ওইখ্রিবা,
পোকলুই ইরমদমসিদা।

মীয়াম্না কৃক কৃক ইন্নরবা মফমদুদা
কদোমদনো খোঙনা চৎকদবা, কদোমদনো
য়েংগদবা মীৎয়েং;
তথক তথক্লবা শাজি অমোমগুম
পম্বুংসু তমলুই খঙদবা খঙহল্লকই ওইখ্রি অসুম্না;
নোং ফাদোকশু পারা ফাবগুম
য়েংনিংলুই, নীঙশিংলি মফমদু
পুং কযাগী মফম ওইখ্রিবা।

নোং ঙাল্লকই, অমুকশু চৎলুই
কয়াদা খেৎনখ্রবা, হাংলবা চৌক্রিশিংসু
মীৎয়েং তমলুই,
মথক্তনা থৌগল্লিবা চীং লেল্লবা মখোইশিংদুবু;
পান্দম অমদনি, পম্বুংশু চপ মান্নে,
তংহন হল্লকই দরকারগীদমক
অমুক, চৎলুই মফমদুসু
কয়াদা ৱানা য়ৌখ্রবা
ঙসিদি নোক্লা নোক্লা ঙাইরি
নীঙশিংলি অৱাবদা নুংঙাইবা লৈবনি।

## কোইনা চৎলুবদা

উচেক ৱায়াশিংনা অতিয়া মকোয়দা কোপাই পায়রি;
নুমিদাংগী মতমদনা মহুম মহুমশিংদা হল্লকই;
মদু মঙায় মীওইবা জাতিসু, মসিদগী হেনবা করি
লৈরিবগে চিংনা কোয়না পানশাবা চিংমীনা কোয়না
পনঙাকপা।

খেৎনবা য়ুখলশিংগুম খেৎনবা
হৱা নুংশিৎলক্তা মীরমদম্না কদোমদনো,
ইবমদম্না কদোমদনো? লোল্লি খেৎনববসু
পন্থুংদি অমত্তনি অমহানি, অমহা,
নিংশিলি ঙসিগু চানিংবা হে এঞ্জাং
মথেলগুম পুন্সি মথেলশিদা
ঙক্লগু হৌখ্রী খঙদবশিংসু
অদুম মলাকই পেন্দবগু অদুম লাকই
পুন্সি মথেলশিদা



ইনোৎনি শৈবেংশিং

## পুন্সি লিচিং

থাপ্লবা তাল্লবা লমদমদুদা থেংনকই ঐখোই ময়াম;
নীঙশিংলি ঙসিসু মীৎতা শং শংনা উরকই;
চৎনবক্লি পন্থুং অমদগী পন্থুং অমদা;
লেপ্পা লৈত্রবা পুন্সিশিদা।

ঙবাংতা ওইববোই মখল্লি
ঙসিশু হৌনদুনা লাক্লি পুন্সিগী থৌদাংশিদা
খুৎলাম তোয়না কৌরি হয়েংগীসু
তুরেলক্তা থুম্বা কাওশিংগুম;

খেৎনবা অমগী যুখল মকমদা
তৎতনা শোল্লি, পুন্না হিংমিন্নবগী মহাও থোক্লি;
যেংখি য়েংখিবা মাইকৈদা মীৎফম
হোংবা যাদবগুম ব্রাখল মাগী
পরিংসু পরিং নাইনা চৎস্ত্রি;

অদুবুনে অমখক্তি তোঙাল্লি
পুন্সিগী থৌদাংনা লুববা? নত্রগা
ইবমদম্মা লুম্ববা?

তৌদ্রবা য়াদ্রবা ইথৌনি খন
খুদিংমক্কুবু ময়োক্লবা তাবনি
অপুনবা লিচিং মখাদা।



# পুন্সি ইপাক্তা

তিনখ্রি অতিযাদা অমমমতা ওইনা খোঞ্জেলশু মৈখুসু;
চোংথোবক্লি ঐসুনী নঙশুনী অমত্তনি;
পাক্লবা সমুদ্রগী ইবোলনুংদা চীং লৈবন্না অঙকপা নত্তে;
হিংলিবনী পুন্সিশে খুদিংমক্কুগী
ৱাৎপনা থল্লবা পুন্সিদা।।

অঙাওবা মালংবা নুংশিৎনা তাহল্লি
শমলাংশু চোজাযননা;
মকা ফন্না শাৎলিবা পুক্লিংগী
লৈকোনবুদি খক মাযথিবা পীবা ঙমদে;
অদুবুনে তাংজবী উবিনী খন, মাযথোংবুদী
মকা লামহল্লি;
হে! মীওইবা কৌবা নহাকশে হিংলিবা
মখৈদী ওকপশু নাইদবি।

চাবে চানা খন,
চৎলে চৎনা খন;
ৱাখলগী পন্থুং লৈতে
লেপ্লিবদুনা মতাংনি;
ঙাংনবিবদুনা মফমনি খন হোন্থবি পুন্সিগী
হিদেলদা নৌ পাযদুনা;
"কন্না হোল্লু" হিবানবা তাইবঙ-পান্না তাকপীবি।



## পুন্সিলক্তা

চৎলিবা গাডীনা পম্বুং অমদগী পম্বুং অমদা
মালংবা নুংশিৎনা লৈগী লৈনম যেনবগুম;

মতিং থোক্লা থৌনা ফরমখো,
পোক্লবদি শিবা তাবনী;
যুখল অমদগী যুখল অমদা
খেৎনবশিংশু তাক্লমখো;
নুংশিবা কৌবা লাইবেম্বী বুধি লৌশিং
জ্ঞানবু হেন্না-হেন্না চাওখৎহনবীযু।

হাযবদা লুই তমথোকপদা পাক্লা থোক্তে;
চীনগা খুৎকা মান্নশি,
তাক্লমশি জগৎ সংসাবশিবু
পুন্নমক্কী অহেনবনি;
নোংশু তাখিদবে, কংলবা
মালেমশিদা চাদা নৌদাবিবা কযাসু
খৌগংনবি, কুমগী নোংতবু ঙাইবি;
অহিং লিক্লানা তাকলবদা,
খোমলেন তুমখুল তাল্লবদা
ঙৈহাক্তি কাওথোক্লুই মথংদদি
অমহানি অমহা।



# মীৎয়েংলক্তা

কয়াদা ফজখ্রবা মীৎয়েঙ্গু তামদরি
নীল-খোংলবা সহরশিগী চীদাইশিদা;
ঙৈহাক্তি পোত্থরি মীৎশানা অনিসে চরাংনবা
পুন্সিলকশিদা;
"অশংবা" নহাক্লা তাক্লি "নুংশিবা"
"অঙাংবা" নহাক্লা তাক্লি "খুদোংথিবা"
নাখৈ শেংহল্লি;
পোক্লবদি শিবা তাবনি অদুবু
তাক্লমখো হয়েংগী পুন্সিবোন।

হে! প্রকৃতি ইমা ঋতুশিংনা থৌগল্লিবা,
নচাশিং লাক-লাক্লা খজিং ওইদুনা
থৌগল্লবে মালেম ফমবাকশিদা;
পলেম ইমানা লুম্ববা? নৎত্রগা
পুন্সি থৌদাংনা লুবরা? অমুক্তদি
তাক্লমখো পংলবা নচাশিংদা
থৌগল্লোন ব্যবহার কাযদবি;

মীৎলমশিংনা লৈতেংলিবা কযাবুদি
লীচিংলি;
হে! ইমা পুম্নমক্কী অর্থ
মপুং ফানা পীনবিরমখো



## মরুপলোয়

মৈঙালতনা পুমঙাল ঙাল্লিবা সরক্লি
নোংঙানলমদাই পুংফমদা কায়না বীদায় পীররি;
উন্নদ্রবদি অঙাওবগুম্বনি
ঙাংদ্রবদি নিংশিংনদ্রবনি;
অদুবু তাররি খুৎথাংদা
লাকলোগবা মরুপলোয়
চৎলশি পম্থুং অমদগী পম্থুং অমদা
তাল্লিশি লমদমদুদা;

থবক্লা তাক্লি নঙ ঐগী ইথৌদাং,
পুকমেল পাওমেল্লশি।

কবিগীদম কনাগীদমক নহাক ঐহাক্লা অসুম্না ওইবরিবা;
খুৎতা পায়বা কলমনা পুক্লিংগী
অপাম্ববু ফোংদোক্লিবা;
ঙাইহরি ঙসিশু উনরক্কনি খন্না
অমুক্তদি হায়নখিশি "করম তৌরি"
ঙায়খোকো মীকুপ অমত্তা ওইরবসু
নিংশিংনশিকো।



# মরুপলোয়

মরুপলোয় নোকমিবা মীনোক্তুনি ঐনা
হায়ফেৎ য়েংলিবা;
নীংশিংলি মতম অমগী ৱারি শীংবুন
নঙ-ঐতগী ওইবা;
চৎলে চৎনা খন
তুম্লে তুমন খন,
অরাপ্পদা অনকপা লৈবনি
অনকপদা অরাপ্পা লৈবনি;
নোং ফাদোকসু নিংশিংনসিকো,
কাযনবসু নুংশিবগী পন্থুংনি;
খেৎনবা অনিগী যুখল মরুমদা
শাগৎচখিবা আশানি।

ঙসিশু হয়েংনী হয়েংশু ঙসিনি
করিবু খেৎনরিবনো?
কাওথোকলুই অনানবদা চৈশুনি
চৈশুগী তরানা লেংথোন ফায়;
অহোংবা লৈত্রবা পুন্সি তাইবঙদা
পুন্সি খোঙচৎতি অদুমক চৎখ্রি;
নুংশিনখিশি অদুমক হান্ন হান্নগুম
তাওথমিন্নখিশি পুন্সিগী ঈচেলদা



## লাইবক্কী নোংদমখোল

অচিকপনা ঐবু কপহল্লি
হৌখিবা পুন্সিনা তুংইন্না
লাক্কদবা পুন্সিবু শংত্রিক্না যেংলুই
মীকুপ অমগী অখাক অবাও
নোংলৈ-নুংশিৎ নঙনা ঐবু কয়াদা
শাফু কন্না হুমদোক্লবা
অদুবু হে! লাইবক নঙমক লৈবম্বগী
পুন্সি মরুদি ফুকত্রেদকো।



## শাওগল্লবা নুপা

পাক্না শন্দোকখিবা লৈঙোই
শেক্তশিদা, যেকলুই নুংশিগী
খুদম হে শাওগল্লবা নুপা
চৎখ্রি অসুম তামখ্রি
কাযনবসু নুংশিবগী পন্থুংনি
পঙমদ্রবা পুন্সিগী চৈনালক্ত
পীববনি কাযনা বীদাই;
খেৎনবা অনিগী যুখল মরুমদা
শাগৎচখি আশা কযা
ঙসিদি হকলবনি নুংশিগী খুদম
হে শাওগল্লবা নুপা,
পীবাংতনা চোৎলবা মাযথোংশিনা
লুম্না থাংলবা খোংথাঙলক্তা চৎখ্রি অসুম চৎখ্রি।

# নোংমা কাংদে

নোং ঙাল্লে দুগা দাগা
নুমিৎ তারে পুমচিক হেক চীকই,
হে, কারফিয়ু কয়াম কুইনা তৌখিগনি,
য়ুমহোং তোইরগা লাইরা তাল্লি।

নেনা তাদ্রবা পুন্সি মরেল্লি,
অদু তৌরে অদা তৌরে
মীকুপ অমত্ত হেক লৈতাদে
কৈদৌঙৈ লোইগনি লান।

নোং ফাদোকশু অমুক্তা নোকশিবা
কৈদৌবগে;
ব্রামল্লবনে মালেম ইমাসে
অহিং খুদিং হৈদো নাহৈরক্লে;
করম্বা মতমদা শান্তি ফংগনি;
অব্রাবগী মরুমদা নুঙাইবসু
লৈবনী খন ঙৈহাক্তী কাওথোকলুই।



# নিংশিংবনী য়াওশং

লাক্লে লাক্লে কুমগী য়াওশং
অঙাংশিংনা হরাও মথোই কারি
য়ুমথোঙ খুদিং শুমাং খুদিংদা
শেনখাই ঈশৈ কয়ানা নীল্লরে।

নুমিদাংগী থাবল চোংবগী খোঞ্জেলতনা
নীল্লরে অতিয়াশে;
থম্মোইদশু তৎতনা ফাওরি নুংশি চৈনা
তৎনা থানা লৈত্রবা সংসারগুম;
অহোংবা লৈত্রবা পুক্লিংনা মকা ফন্না
শাৎলরে পুক্লিংগী লৈকোলদা;
নঙ ঐতগীনি হোংবা লৈত্রবা পুক্লিংনি।

ঙরাংদো ঙসিতা ওইরবোই নিংলুই
য়েংখি য়েংখিবা খুদিংদা পুক্লিংশে
ইনৌতা নোই;
খনবগীসু লোইবা নাইদ্রবা জগৎ সংসারনি;
চৎশি হে পুন্সি খোঙচৎ তুহৎপা
অকিবা লৈত্রবা সংসারশিদা;
তমবগীশু লোই নাইদে
য়াওশং খুদিংগুম



  

## নিংশিংবদা

চৎলে চৎনা খল্লুই ফমলে ফম্না খল্লুই
পীরল্লে থম্মোইদদী বীদাই;
ৱাখলদদি চৈনা ফংলরে লোইবা নাইদ্রবা সংসাবসিদা
শিরগা লোইবা সংসারনি;
কনাদসু ৱারৌজখিদে ৱারকপা ঙমজদ্রবা ইথমোইশিদা;
নঙসু-মীনী ঐসু, মীনি যেংখিশি পাক চাওববা সংসাবসিদা।

মীনা মীবু তুহৎপনি,
সংসারগী নীতি নিযম কাযনা চৎপনি;
যেংঙুনে প্রকৃতি ইমাগী তম্পাকশিদা হাপ্লবে ইনোৎ;
অশং অমাস্তনা থনবনি, নীল খোংবা সহবনি;
লৈবক খুল্লক কযাদা ফাও ফাওদুনা
চৎপনি মসিগু পুন্সি মথেলনি।

খুৎতা কলম পাইদুনা শাবী শানৌগী
চরিতা য়েকপনি, ইবনি, থাগৎপনি অৱাংবা থাক্তা;
লেপ্লা লৈতনা চংশিনখিনি পুন্সিগী উবোং খিল্লমখিনি;
ৱাদবনি চাদে থকতে, খনবনি মবিক চুম্না;
হে, মীওইবা খনখিগেকো মতাং চানা চানা।



## পুন্সিগীদমক

মচু কয়ানা লৈতেংলি,
লোইবা খম্বা নাইদরি
পীনবিরি প্রকৃতি ইমানা,
মশা খায়ম-খায়না।

চৎখিশি হৌন হৌনদুনা,
লাপ্লবসু লাপ্পা, নক্লবশু নক্লা,
পুম্নুংদি অমত্তনি লৈইনি লৈই,
পোকপা-শিবা অনিগী লংদাইনি।

পাঙথোক্লি পুন্সি শিন্থা,
নে-না তাদ্রবা ব্রাখল লিচিংনী
মসিনা লোইরে মদুশুনি হায়বনচিংবা,
হয়েং লৈরি ব্রাফদে,
খনশি-খন্না খনঙমদে

ব্রাকচিংগী নোংদি শিদা-হিদাক্লি
ব্রাখলশু তগৎ-তগৎ তেক্লরি
অফাবতনা ইশারুক, ফৎতবনা মশারুকনি।
মসিবু কৌবদাই সংসারগী চৎনবি
ময়াতনা থল্লবা জগৎ সংসারনি,
খুৎতা পায়বা ইতাওগী, য়াদা
হুকপা ইচাগী কুৎ লাওবা ঐগী



# হিরানবা

ঋতু নাইবা খোঙচৎনি,
কোকিলশিংনা কু হায়না খোংলরি
পাইরি মফম অমদগী মফম অমদা,
মনিং-মখা তম্না চাকতরি

হে! মীওইবা নহাক্তি মমাংশু লাং মতুংশু তেন,
পুন্সি পোৎলুম থাংথদ্রি
লুম্লবা ৱাখলনা অঙাং
হৈনা থাংবগুম থাংলি,
শাযশি মকুপ তানা
মফোল তাহনশি,
খনশি অমমমতা ওইনা!

হে হিবানবা অমুক্তা ঙাইখো,
পুন্সি পন্থুং পাংলমখো,
খুৎতা পাযবা পাংলমখো,
খুৎতা পাযবা নৌনা
হি হোনশি হোনঙমদা,
ওন্থোক্লসু পাংদেদকো
অমুক্তা পুন্সি পন্থুং যৌবীরম্মু।



## লানফম্নি চকখাওগী

পুক্কীদমক চকখাওগীদমক লানথেংলুই খাক্তনা,
নোংজু নুংশা খাক্তনা,
জিব জির হুমাংনা চেন্থরি
শাববা জির হুমাংনা চেন্থরি
শাববা কালেন মৈশাদা,
ইংলবদা তব চিংশল্লি,
মীৎলু পীবাং চেন্থরি,
কনাগীদমকনো খুদিংমক
লানফম্নি লানফম পুন্সিগী।

কনাদনো ব্রাকৎকদবা,
কনাদনো হংলুগদবা,
পুন্সি চেংজেলদি লোইদবি
ওন্থোকপা পুন্সি মরেলনি
তুং চুংই তুংগীদমক।



# তুংলমচৎতা

নোংশু মংলি
উচেক ৱায়াশিংনা চ্রেক চ্রেক খোঙলি,
লম্বী সরকশু লেপ্পা লৈতনা চেল্লি গাড়ীশিং
পোত্থবা হৈত্রবা কয়ানা লম্বীগী সরক
চীদাইদা নোংমগী চারা তাল্লি;
হে মালেম খুদীংমকশে নহাক্কী কুম্মোনি

নোং ফদোকশু শারবা কলেনগী
মৈশা লক্তা লাওবি শুপ্লতগী...
কাথেল্লবা মায়থোংনী মকা লামদ্রবা;
তৌঙমদ্রবা কয়াসু পুন্সি ইথৌদাং ওইশি
কনাগীদমক করিগীদমক করি তৌবগীদমক;
অসুম্না পুন্সি ৱাহনথোক ওইনা চৎশি
লিনশু শীদনবা চৈশুসু তেকতনবা;
পোকঙমদ্রবা মীওইবা মপোক্লি।



## অসুম্না তৌবরা?

তুমদনা মঙ মঙলি
কলি য়ুগতা খুদেয় কংদবনি
নোক্লগে কোংগাইনি
শাওদনবা থেন্নমশি।

মাঙ থানা চৎলু
কল্লকপা যাম্মী কনজাওবা য়াম্মী
ঙৈহাকশু লেনথোকশি সত্য যুগনি
পম্লুং তান্না চৎশি।

মৈতৈ নুপীগী হৌনশানি
কেবু কেববা পারবনী ফী
চৎনবী ব্রাংমা লানফদে
হৈনা চৎলু তুশন্নি।
ঐগী মাগী লাক্লবদা
পৈবপ্না য়েংলি
তুং হন্না
চৎলু চৎলু ঐগী কানি নঙগী কানি।



# ব্রাখল পরিং

নুংবংনববা ব্রাখলসিনা তৎতনা থীবি ব্রাখলগী
পম্বুংফম অমা;
অসুম অসুম হৌখ্রি,
নোংগৌবী চেক্লাসু কুমগী নোংতবু ঙাইবি;
অসুম্না ওইখ্রি অসুম্না লাকই।
নোং ফাদোকশু লেপ্লা কৌবা লৈতে;
পুক্সি শীন্থা যাম্মনখ্রে।

ব্রায হাযবশু হাযহৈদে,
ব্রাদে হাযবশু হাযহৈদে;
তাইবঙগী লিচৎনি
চৎনা পথাপ অমগী মনুংনি;
তৎতনা হাযবি,
লেপ্লগনু তাইবঙ শা;
ঙসি শিনী পাউতাক্তে, হযেং শিনী
হাযঙমদে;
চৎশি চৎনা খনশি,
ফমশি ফম্না খনশি।



# পাউতাক্লি অঙাংশা

হৈনা থাংশি অঙাংশা,
তুংগী পুন্সি শাংঙি,
মাংগী পুন্সি তেল্লি;
যম্বানলোন লৈঙোইগুম্না কুপ্পী
হৈনা চৎশিা অঙাংশা;
যেক্লা পল্লোং খিবীক্লি,
খুবাক কুবোল হুগনি;
তাও অঙাংশা তোকপগা
কৈগা যেনখোং অহানবা তান্নশি
কুমগী নোংশু লাক্লগনি,
ফুগাইনা শাৎলগনি
লৈবাংশিংনা মকা ফন্না;
অঙাংশিংনা শান্নবগনি
নোংলক্তা হবাও মখোই কাবগনি;
অহনশিংনা পাউতাক্লগনি,
নোংও চুবো হনুবী-হনুবা
অওথবো লাংজিং মতোল থুমহৎলো;
বসন্তা ঋতুনা ঙাইবী
তগৎ তগৎপা।



# মীৎয়েংসু তাল্লি

মীৎযেংনা তামখ্রি অউ অউবদা,
থেঙনকুই ব্রাখলগা অমত্তা ওইনা;
কোযনা চৎশি, লেপ্পা লৈতনা
সহ্ব অমদগী খুঙ্গং অমা
খেৎনবা কযানা লৈতেংলিবা;
পুক্লিং চংলি খোঙফম হোংদনা
মাকৈ শলাই খঙদনা
অদুবু পান্থুংদি অমতনি।

ফজখ্রেদা প্রকৃতি ইমাশে যেংবগী
পেনবা নাইদেদা,
চিংনা কোযনা পনশাবা, চিংমীনা
কোযনা পনঙাকপা তম্মীনা কোযনা শেন্নবা;
খুৎতা পাযবা কলমনা লৈশাবী মচা
থীনদৎকে, চৎলি মতমগা ইবোযন্না,
ব্রাৎতা পাদবা লৈবাক্লি মীৎফম হোংবা যাদবনি।



## লৈরক খুল্লক

লৈরক অমদগী খুলক, খুলক
অমদগী খুলক চৎলিবনী খোঙথাংনা
লেপ্লা লৈতনি;
হন্না য়েংলুই হৌখিবা মতমবু
তকশি শোল্লি "ওন্থোকইদো,"
লাক্লোগবা লুপলশি মতমগী
ইবোলনুংদা মতম কৌবী লাইরেম্বী
চৎলে চৎনা খন, লাক্লে লাক্লা খন
হুমদুনা পুখ্রগনুকো পীনবীরল্লগনু
চৈনাখোল, পীবীবম্মুকো আশাতনা
থল্লবা থম্মোই অমা;
পুন্সি ইনোৎতা হাপ্পীবম্মু
ঙবাংদা পোল্লিবা লৈরাংগুম।

মালংবা নুংশিৎশু লিরি লিরি
হুমলরি য়েনথোক্লি লৈগী লৈনমবু
ঙসিদি ফুগাইনা শাৎলরি
হয়েং কৌবা মতমদি য়েনথোক্লশি,
হৈগী হৈমুল ফাহল্লশি লৈগী
লৈনম য়েন্থোক্লশি;
ওইজগেনে ঐহাকশু মালংবা
নুংশিৎকুম, পুজগেনে নুংশি মপাওবু;
লৈরক কুম্না শেশক ওইজগে।



# পুন্সিদী ব্রাৎতবনি

অব্রাৎপতনা থল্লবা পুন্সিদা ব্রাৎতবা
অমুক ওইহল্লসি, নোক্লসি মকা ফন্না
চেল্লশি চোংলশি প্রকৃতি প্রকৃতি ইমাগী
তম্পাক্তা হৱাও মথোই কারশি;
হুন্দোক্লশি কলক য়েংথিবা লৈরশি
নুংশি চান্না, ওইরশি অফবা সমাজ অমা;
খন্থবিবা মতমনি, ময়োল চোংখৎলক্লিবা
ৱাখলনি লৈশু-পাম্বীগুম;
খনবগী লোইবা নাইদবনী, চৎপগী লোইবা নাইদবনী;

পুন্সি খোঙচৎনা লোইরবদা, তাইবঙ
শিন্থাশু লোইবনি।

অমুক কপ্পা অমুক নোকপা পুন্সিগী চৎনবীনি;
চৎনা ৱাংমা লানফদে, শক চু খেৎনরবশু
পন্থুংদি অমতনি পাংথোক্লমশি পুন্সি শিন্থা;
মীকপ থোক্লশি হে! তাইবঙ মীওইবা
পলেম ইমানা লুমবরা, পুন্সি শীন্থানা
লুববা য়েংলশি ঐখোয় শেন্নশি
অনৌবা যুগ বীযুগ সভ্যাতা;
পোক্লবদি শীবা তাবনি, লোইবা তাবনি
পুন্সি শীন্থাশু।



# পুন্সিনা পুন্সিগীদমক

নোং হেক ঙানবগা দুগা দগা পুম্নিল
নিল্লি সরক লমজাওশে;
ইমুং খুদিং, য়ুমথোং খুদিং ঐগী ঐগী
মাগী মাগী পুমলাং হেক লাংবগুল্লি;

ইমুং অমনা সমাজ অমা ওই
ওল্লশে খল মখল মথেলদা;
অফবদা পীনবীরো, ওইহল্লশি
ৱাখল ইতিনফম।

নকপশু লাপ্পনি লাপ্পশু নকপনি
পুন্সিদি খোঙচৎনি, খোঙচৎতি পুন্সিনি;
তম্বীরম্মী ইপা ইপুশিংনা অসুম্না
হিকতোকফদে য়াথংশিং
শে-মাই হায়নরশি
পুন্সি পন্দুপ ফাল্লশি;
নোক্লা নোক্লা থৱায় থারশি
হিংলিবা পুন্সিশিদা,
শৈথাবশি ৱাখল ইনোৎনা
নিং তম্লিবা পুন্সিশে;
তম্লশি অনৌবা খুদোলশিং
অনৌপা ৱাহৈ ৱাতাশিংনা;
ঙসিগী মরুপলোয়, হয়েংগীদি নিংতম্বনি।



# ঐগী হায়বনা মকনবরা

চৎশি অসুম চৎলি, কারি চুমদ্রিং
অপংবা ললোয়নৈ-অশিংবনা শীং ওইনৈ
কবি অমুক হাযগনি ককপা যাদ্রবা যাৱ্র্নি:
মীওইবনা মীওইবগীদমক হিংনবি,
চাদে লৈতে হায়নদে নাপল তৌনবি;
সমাজ অমগী পললোন্নুংদা খুদিংমকপু চাযেং তৌর্নবি;
অয়েংবা কযাদি তুং মাঙ হন্না হন্না
খুদি থিজল্লুই অযো হাযবগা মতোকই।

ৱাপলনা ৱাংলবদি ক্বাক্লা ফমদেকই
হে তাইবঙ পানবশা ক্বাক্কী লমবাওশু
লাক্লে কুমগী নোংশু য়ৌরক্লে;
খুদিংমক পাঙথোক্লো নথৌদাং
ঐগী মাগী অমুক হায়রনু;
থৌদু নঙগুম কনবরা?
ঐগী হাযবনা মকনবরা?



# চেংগী মণ্ডণ

ফৌ তক্লি
ব্রাইকুব তাবি
চেং চোইরি
চমাং তাবি
চাক থোংলি
পুক হাপ্পবি
চাক্কীদমক লানথেংনবি
খ্যদিংমক্কী পন্থুংদী চাক
নহাক ওইবমাল্লে
নোংমা নোংমগী থোকউ থোকউবা
ওইববসু নহাক্কী নতিক নগুন্নি
খুদিংমক্কী পন্থুংদি নহাক্তনি
ব্রাখল তৌই মীওইবনা
কনাগী মপু ওইগদৌরিবনো?
ওইবমালে খুদিংমক্কী
মপুদি নহাক্তনি।



# পৈশা নহাক্তনি

নোং হেক ঙানবদগী নুমিৎ হেক তাবা ফাওবা লেপ্পা লৈতে;
তোঙান তোঙানবা শীনফমশিংনা ঐগী মাগী হায়দুনা তাক্লি;
খুদিংমক পৈশাগী ওইরবদা মীওইবগী নাপলনা কদোমদনো
চৎথ্রিবা;
অচৌবা অপিক নাইদনা নঙবু থীগে খন্না থীবন',
মানি খুদিংমক নঙবু থীগে থীবনি
ফংনি ফংলোই খঙদনা।

ওন্নবি থবক্কা পৈশাগা
পৈশাবু পাযববা ইকাই কুম্নববনি
মীওইবনা তোঙান তোঙন্না।

ওন্থোক্লশু চাওখ্রেদা পৈশা নহাক্কী নগুণ;
শুরম চৎলম খঙদবা কয়া অমদি
নঙবু তকশি শোল্লি;
চৎলে চৎনা মঙ মঙই
চারে চানা মঙ মঙই
খুদিংমক নহাক্তগী মগুন্নি।



# পেনথোকপা হৈবা তাইবঙলা?

পেনথোকপা হৈশি
নুঙাইথোকশি
শিবগা লোইবা তাইবঙনি
ইহে, হাযবগা মতোকপনি
লোইবা খম্বা নাইদ্রবা
কলক মীহৌবনা মীওইবগী
পুন্সিবু নাপল কাহল্লি;
তুং কোযহল্লি পেন্থোকপনা,
মসিবু হেনবা কবি লৈবিবগে
লাইনা থাবা পুন্সিনি
লাইনা যাৎপা খযাৎনি
পুন্সি শিন্থা পাংলশি
তৌগে খনা মঙম্বনি;
অঙ্কা হোৎপা তাইবঙনি
পবিং নাইনা চৎহনশি
অঙ্কা ফোল তাহল্লশি



# তুম্বগা অশিবগা পাংখক্লি

হকাম ব্রা ব্রা চল্লক্লে
তুম্নিংবনসু লোইরে
ঙৈহাক্তি তুমথোক্লুগে
তুম্বগা অশিবগা পাংখক্লি
তুম্না তুম্না মঙ মঙলি
চৎলি মফম অমদগী মফম অমদা
হৌদোবক্লি হৌগৎলো মীকপ থোক্লো হায়দুনা।

নীশিংবগী তুংগী অঙাংশা হৌগৎলো
মীকপ থোক্লো তুংগী শিন্থা পাংলো
মীখা পোনবা ব্রাখল থাদোক্লো।
নিঙ-তম্লবা ব্রাখল উৎথোকলশে
তুংগী ফীবেপ লেপ্লশি
তবাগী মপুনা লেংথোন ফাই
অপুনবনা পাঙ্গলনি
লেপ্লশি ঐখোয় পুম্বা
অমত্তা ওইনা।



## লেংদ্রবদা উপালগুম্বনি

হৈগী মমুল ফাহল্লশি
লৈগী লৈনম য়েঙ্খোল্লশে
মফম অমদগী মফম অমদা
পাঙ্গল চাংয়েং তৌরশে
য়েক্লা পল্লোং য়েংলশে
লাওম ফীবাল থেৎলশে
তুংগী ফীবেপ লেপ্লশি

লেংদ্রবা উপালগুম লেপ্লশে
যাত্রিক কযাগী পোত্থফম
ওইহল্লশে

লাইজা ঈশিং খিল্লশে
খৌগংনবা কয়াবু অরাম খৌরাং কোকহল্লশে
পুক্লিংগী ঈহুল পীরশে
খুৎতা কলম পায়হল্লশে
ইথহল্লসি মরিক চুম্না
ওইহল্লশে সমাজগী কান্নবা
পীবশে ঈথিল মীপুম খুদিংমক
পুক্লিংগী শান্তি থিরশে।



# পুন্সিগী শিন্থা

উরুমশু চংখরে
নুংশাশু থোক্লকএ
হৌদোংগুম মতু মমাল খ্রিং খ্রিং লাওরে
তাইবঙ শিন্থা পাঙল্লে
থবক অমদগী থবক অমদা
লোইবা খম্বা নাইহল্লে
খনহল্লে হোরেনগীদি
কবি অমুক তৌগনি
খন্নবি তবেৎ তরাথোক্লা
মদুনা ফৈ মদু তৌ
পুক্লিং হকচাং অমত্তা ওইরে
তুংগী ৱাখল খল্লক্লে
খনবগীসু লোইবা লোইবা নাইদেদো
শিরগা লোইবা তাইবঙনি খল্লক্লে।



## ভাব তাহল্লশে

খৌরাংবা কোক্লহল্লশে
অনৈবনা মতাইনি
অকুবনা মযায়নি
নিংশিংলু উহে মক পানবনা নোংলুকই
খঙ হৈবা শাবা কয়ানা
কাংখোঙ চাইববে
ঐগী হায়বনা মকনখ্রে
মাগী হায়বনা কোমথোক্লে
খোইদৌ শিক্লি কযানা
সমজা অমগী ব্রাখল নুংশেল ওইবিবা
ঐগী মঙাইবে হায়বসিনা
মালেম লৈবাকশে
হুমথবে
  নিঙশিংহল্লে পলেম ইমানা
লুম্ববা নত্রগা পন্থৌ
ইপানা হেনববা?



# মফম চানা থল্লশে

কোইচাই চাইববা কাশিংনি
লোইশনবীনবা লৈত্রবা
চাবম শুবম খণ্ডবা
মতম কুইশিল্লক্লে
তীন কাং কযাগী লৈফম ওইবক্লে
খল্লি পুক্লিংনদি নোংমদি খুযা তুশিল্লকনি
পোৎকী মমল লৈবনি
অবেম্বা পাম্বা সংসাবনি
লোইশিল্লশে মফম চানা
মীওইবগী থৱায হকচাংগুম
মফম ইফম চানা।

লৈশুনা লৈতেংলশে
মীৎফম হোংবা যাদবগুম
ইফদা ফজবনে খুদিংমক্কী মগুণ হাপ্পনে
লোইশন খমজিল্লশে
মফম চানা থল্লশে।



# সমাজগী পল্লোন নুংদা

চেঙ তক্লি
চমাং তারি
চক্রী তক্লি
গৃ গৃ
হুমাং তারি
পুন্সি শিন্থানা লুবনি
চাক পুখম অমখক্কী
পুন্সি চেংজেল লোইদরি
লোইবা খন্বা নাইদরি
ঐ নঙ মা হাযদুনা খায়দোক্লি
পাক চাওববা সমজানি
হিংবগী মমল লৈহল্লশি
অর্থ থোক্লা হিংলশে
শুবা নোম্বা পুন্সিগীনি
তং তাবা পুন্সি শিল্লশি
সমাজ অমদা সমাজ
অমগী মমল থুপ্লশে
চৎনবা পথাপ ঙাক্লশে
মীনা শেম্বা নিয়মনি
লাইনা থাবা লৈবক্লি
মীথোই মীহেল
তান্নরশি।

❖ ❖ ❖

# পুন্সিনা পুন্সিগীদমক

মৈনা ঙুং ঙুং চাক্লি লৈরাংনুংদা
খাং থাংকৎলি
জৌ জৌ মখোন্না
অরাম খৌরাং ফাওহল্লি
শুনিং চৎনিংবা কয়াদি তুংওইনবি।
হিংবাগী অর্থ লৈহন্দরি
হে মীওইবা নহাকশে ওন্থোক্লশু লুখ্রেদা
হিংবগী লমজেন্দ খোঙথাং তপহল্লি
লাইনা য়াৎপা খয়াৎপু
লেম্না মাঙহনবা য়াদবগুম
পুক্লিং, থৱায়, হকচাং
খুদিংমকপু পাঙ্গল ওইহল্লি
চাননবা হিংবনি
হিংননবা চাবনি
মসিমক্না পুন্সিনি
পুন্সিনা পুন্সিগী
মমল লেপ্পা
তাববকো।



# তুংগীদমক্তা

চৎলে চৎনা খল্লি
ফল্লে ফম্না খল্লি
মসিবু করন্বা অনুতাপকী মৈরিনো?
মসিবু কৌবরা মীওইবা?

নোং ফাদোকশু খল্লোই হায়বশু মঙমদে
খনশি ফনা খনশি
অফবদা খনশি
তংগী আশা থমশি
মান্নবশি চীনগা খুৎকা
খিল্লশি পুক্সি উবোং
থল্লশি মীংচৎ
তাইবঙ পানবনা তমহল্লশি
নিংবু নিংলবা তৌগে ঙম্বনি
হুন্দোকশি নাপল
নোংলুকঅশি মীপুম
খুদিংদা
শোন্নহল্লশি তুংগী
মীবোলগীদমক।



# ঈশ্বরগী খুৎশেমনি

চাংজৌ মান্নরবা ঈশিংগী ঈয়াইদা
থরো থম্বাল পীক থন্না শাৎলি
য়েংবগী পেনবা নাইহনদে
খরাতমক হেকশি
য়ৌরশে লাইগী খুয়াদা
হৌজবগী কান্নহল্লশে।

মীওইববু লৌশিং পীরশে
পোক্লবদি মীওইবা পুন্সি শিন্থা পাংলশে
মহে যালহল্লশি থরো থম্বালগুম
পোৎকী মপাল মীনা তাংবনি
মীগী মপাল পোৎনা তাংবনী।
কাওগনু মীওইবা
তরাগী মপুনা লেংথোন ফাবনি
হকচাংনা লৈনি
থব্রায়না ধুপনি
পোক্লবদি শিবা তাবনি
লৈনা লৈনা সর্গ কারশে



# অমম অঙান লংদাইদা

সনা মচু মাল্লবা নুমিৎকী মঙালদা
থকতোরক্লি খুদিংমক অমমম ওইনা
খায়দোক্লি অঙানবা অমসুং অমম্বা
অঙানবনা অঙানবনি
অমম্বনা অমম্বনি
থোক্লি থৌদোক ব্রাথোক কয়া
অমম্বা অমসুং অঙানবা অনিগী লংদাইদা
তাইবঙদা চাদা নৌদারি
হিংবগী অর্থ থোকমিন্নরি
জগৎকী ফম্বাক থকশিদা
শান্নরি লিলা কয়া
ওইহল্লি ঐখোয় খুদিংমক
লিলাবু শান্নরিবা
তাঙ্কক তাঙ্কক ওইনা
অসুম্না পুন্সি হায়বসি
ওইহল্লি।



# হিংলিবা খোঙচত্তা

ইমান্নবী কয়াদি হৌজ লমলেজ য়াংখরে
থিনখাং থিনখাং কয়াদা মাইপাকপা
অমসুং মাইথিবা পীনবিরি
মসিবু জগৎকী হৌনশারা?

মী ওইনা পোক্লবদি তাইবঙ লিচৎ
চৎলশে তাইবঙ চিঞ্জাক চারশে
পুন্সি চাদা নৌদারশে
সিবু হেনবা করি লৈরিবগে?

লাইমক্লগুং পোকঙমদ্রবা মপোক্লি,
নিঙমদ্রবা পুম্বা কাওথোক্লশি
পুন্সি শিন্থানি খনদোক্লশে
পেননথোকপা হৈবা থম্মোইনি
খরাতমক চারশি খরাতমক খাক্লশি
পুন্নমক ঈশ্বরগী থৌইনশিন্নি
কনানা কপ্পা, কনানা নোকপা
তাইবঙগী হৌনশারা?



# হি নঙদি হৌনদেদা

অঙানবনা অহিংবনে
অমম্বনা অশিবনি
অসুম্না খায়দোক্লি
মান্নবা খল কয়াদি হৌনা হৌনাদুনা চৎখ্রি,
মান্নদ্রবা কয়াদি নুংশুক নুংজানদুনা লেপহৌই;
চাওখৎপগী লমজেল তান্নরি
হি নঙদি হোনদেদা
কন্না হোল্লু হিরানবা
ঈয়াইদবু লাকখিনি
কল্লবা শাফু ঈরৈদা
কন্না হোল্লু হিরানবা।
পজেং ফিরান থেৎলশে
য়েক্লা পল্লোং ঙাকলশি
ও! হায়য়ু, হৈয়া হায়য়ু
কন্না হোল্লু হিরানবা
পুন্সি খোঙচৎনা চৎলিঙৈ
তাইবঙ কনাবু কিখিদগে
তম্লবনী লাইবক্তা
অসুম্না খনদোক্লে;
লোইবা খম্বা নাইদরি
ও! হায়য়ু, হৈয়া হায়য়ু।



## শে শে শেবোৎতি

নিংগ্রি তারি
কিশি কিরি
শক য়েং পামবোম ঙান্নরি
শে শে শেবোৎতি
লাইশ্রম মচা শেবোৎতি
নঙগা ঐনা কন্না হেনগে য়েংনশি
য়েনখোং হানবা তান্নশি।



## অসুম্না হায়রি

লোনথোক্তবা কযাদি
খুৎকি শাথেক তল্লিদো
শাবী লাও লাও চৎশি লাও
কল্লকপা য়ান্মী কনজাওবা
য়ান্মী মাঙদা থারো লাও।

ওম্না চাকপা থম্মোইদি
কনানসু খংবীদে তাইবঙনা
য়েক্লবা মশিং য়াম্লিদো
খুরক্কী ঈনা লাই শারিদো
ৱায় শংলে হায়রিদো।



### ইনোৎনি শৈরেংশিং

# তাইবঙগী হৌনশারা

লৌশিংগী কাদা
মবি মতাগী কাদা যেৎপদি,
ঙবাংদা পোল্লন্বা লৈরাংদো
ঙসিদি ফুগাইনা শাৎলল্লে হ্যবগুল্লে।

কল্লকপা মীহৌবা পুন্নমক
তাইবঙগী হৌনশানি
খুনিং নেৎকে, খুমাং নেৎকে
খনতা চাশি খবতা খনশি
নোংশু তাবকখিদবে।

শোন্নবি তাইবঙনা কনাবু
মথোই অতেনবা
শিংথানবি কনানা কনাবু
কপ্লি মপান থোক্লা
পীবাংলক্কী মোমোন মীনোক্তা
নোকশি মকা লাম্না।



# অসুন্না হায়রি

চোকথরবা তাইবঙ খোঙচৎনি
কনানসু তম্বা ঙমদে
ঐনা মহেল্লে হায়বদি তম্বা ঙমদে
য়েংখিশি তাইবঙ লিলাগুম

য়েংখি য়েংখিবা খুদিংমক্তা
ইফদা ফজরি ইনৌদা নৌরি
করি অমুক হায়না হায়গনি
থাগৎলশে প্রকৃতি ইমাবু

পীক্লবশু চাওবা সংসারনি
যুগ বীযুগক্কী ৱারিনি
থেবগা-থেঙ্গুগা ৱাবিনি
লমজেল তান্নবি মানা হেনখিনি
ঐনা হেনখিনি।
লমকোই ৱাবিনা লমকোই ৱারিদা
চৎনা পথাপ ইল্লুরি
ঐগী হায়বা ৱাখলদি
লৈনাদগী হেন্নশু থোৎপনি।



## পলেম ইমাও

নপারি নমোমশিং চাওরক্লে
কনানসু লাকচবা য়ারোইদো
কোকথক্তগী পোৎলুম থাংথরগে
অহিক্লনা কপ্লগনু পলেম ইমাও।

নোংজু নুংশা খাক্তনা,
চবা তাল্লিবা ইমাও,
তবেৎকী শেঞ্জানি,
পূক্কি লাননি খংজবে।

শাববা কালেনগী মৈশালক্তা
লক্সমাযথক্তা নোংমগী চবাগীদমক
হৈজিং খবাইথক্তা লৈহাপ্পগুম লৈহাপ্লিবা,
নপাবি নমোমশিংগীদমক্কি।
কাথেক্লবা মাইথোংনি,
ব্লায হায়বদা হায়হৈদে
মসিনশু লোইবা নাইদ্রিদো
হিংলিবা কৌবনিনা মসিনশু ওকত্রিদো
হে পলেম ইমাও নপারি নামোম
পাঙ্গল শবেপ ফারক্লে।



# পুন্সিদি অঙকপনি

তংচৎ চৎলি
তংহন হল্লকই
শেগা মাইগা হায়নদে
অকাওবগী গর্ভদা পোক্লুবনা।

সুম থোকউ তল্লম্লবরা লাইবক্তা
কনাবুশু ব্রারৌদে
কনাদসু থোইখা লিনখা থানদে
হায় হাযদুনা ব্রারৌবীগনু।

পুন্সিদি অঙ্কা হোৎলি
পুবিবা, যেন্নবা, খাইদোকপা,
কযানা ফল তায তাদে হাযনরিদো
চৈখৈ চিংলি মদুদগী মদুদা।
ভাব তায় কযাদি
ফনা চৎলি
তুং মাঙ য়েংদুনা
পুন্সিগী লম্বীনি।



# খেৎনবা অনিগী য়ুখলদা

খারি লবুক্তা
আর তিতি খোইদুনা
নোংজু-নুংশা খাক্তনা
হিংমিন্নবগী অর্থ পীরিবা।

পাক শন্না শন্দোকখ্রি
অশংবতনা অনেম অৰাং খাক্তনা
কয়াদা পুক্নিং হুরিবা
ৱাখলগী ঈনোংশু লোইবা নাইদরি।

খুৎতা থঙ্গোল পাইদুনা
শয়েং পাম্বোম ঙান্নবা
ফৌগৈ থন্না হাপ্লিবা
পুক্নিংগী শান্তি পীনবিরিবা
কনাগীসু মতিক নংতেদো।

নুঙাইবগী মতোল থোক্লিবা
কয়াদি অহোইনদুম হেনগৎহল্লি
কাওথোক্লি হুমাংতগী মমলবু
হন্থনা য়েংলি কয়াবু।



# চহিশিংদা

থিংবা ঙমহৌদে চহিশিংবু
লিশাং শিংনা অসুম চংখ্রি
কনাবুশু তাক্লমদনা কনাবুশু হৌরমদনা
নীঙবা কায়রবা-কায়রবী কয়াদি
অচাকপদা ঘী হৈজিল্লি।

মুনি ঋশি কয়াদি, পুক্লিংদা শান্তি
থমদুনা নোংজু নুংশা খাক্তনা
অরান খুবম তাল্লিবা,
হৌনরিববা তাইবঙশা অচুম্বা
কয়াবু তুংওইনরিবা, অরানবনা
লমজিংলিবা তাইবঙ খ্বাই খিবীকপু
অঙম অঙম্বা চোপ চোপ চান্নবিবা
অনানবা লম্বীনি, চৈশু পায়দুনা
চংশি, পুন্সি লম্বী পাংলশি।



# খনবগী লোইবা নাইদেদো

চারে চানা খল্লি
অরেপ্পা লৈতবা পুন্সি খোঙচৎকুম
থোং মান্নদ্রবা সংসারসিদা।

খনগনু ময়াদে ৱাখলশিং
পুন্সি ঈনোৎ হাপ্লশি
তুম্বগা শিবগা পাংখক্লি
লৌশিংগী পুক্কে হেনগৎলশি।

খুৎতা কলম পাইদুনা
পুক্নিংগী য়ৱাবু তাক্লিবা
শান্তি ঈরিক খিক্লশি
থাংথরশি পোৎলুমশিংবু
ৱাগী-ৱানি হায়হেদে।
খনবগীশু লোইবা নাইদেদো
ইহে, হায়রগা লোইবনি
চিংমীরোই তম্মীরোই
কনানসু লোইবা
নাইদবনি খল্লিবা
তাঙ্কক তাঙ্ককনি।



# অঙাংগী হৌনশানি

চেনবা, চোংবা, শান্নবা
মশা ফবগী হৌনশানি
পাঙ্গলগী ফল ওল্লশে
কাওগনু হে! অঙাংশা।

শাওনরি, খৎনরি কয়ানা
ঐগীনি, মাগীনি অসুম্না
ঙৈহাক্তি কাওথোকলুই
অমুক্কা তংচান চান্নবি।

ঐদি অঙাংনি চাওদবি
সমাজগী ঈথিল চংদবি
অচুম্বনা কবিনো, অবানবনা
কবিনো খংদবি
শান্ননিংবনা ঈথৌনি।
ঐনা হযেং চাওরগা খুদিংমক্কী
মপু ওইরকখিনি,
অচুম্বনা মাঙওইনৈ
অরানবনা তুংইন্নৈ।



# লক্ষ্মি পুজা

ব'যশিং লমশেংউ
লক্ষ্মি পুজা তৌবশে
ফুঙ্গা ব্রাবি তাবশে
লাইজা ঈবিক খিক্লশে।

শান্তিগী পাউজেল চেল্লশি
ব্রাখললোন মীখললোন পীনবশি
তং তাবা পুন্সি লেল্লশি
শেগা মাইগা হাযনবশি।

কুমওন কযাদি হৌখবে
নঙবু থীগে খনবদি
থিবা থীনি খঙদনা
হৌখবে মতমদো।

যমথোং যুমথোং খুদিংদা
ঙ-চঙদুনা থিবশে
সনদিযাগী মতম ওইবক্লে
লক্ষ্মি চবিত্র তাবশে।



# নিঙশিংলি পুন্সিগীদমক্তা

ঙসিদি নিঙশিংলি হৌখিবা কয়াদা,
মতমগী মমল খঙনা
লাক্কদবনা ইতিনফমনি,
হৌখিবনা মায়োক্লফমনি
তিল্লুরি ঈচেল অমদা,
লেপ্পা লৈতবা তাইবঙ খোঙচৎতা,
পল অমদগী পল অমদা,
তৌরৈ অমদগী তৌরৈ অমদা,
থেক্কা থেক নৌগা নৌ
জগোয় শারো হিংলিঙৈদা
পুন্সি অমনা পুন্সি অমগীদমক্তা
তৌঙমদবা লৈতে,
কননা করিদা কনাদ
পুন্সিনা পুন্সিগী মমল
লেপ্পা তারবকো।



# ব্রাখল অমসুং লিচিং

মীংশনা অনিনা চোংলবা পীরাংলক্তা
তংতনা ব্রাখলনা ঈনোং হাপ্লরি,
পীরাং মাদি অব্রাবশুনি,
পীরাং মাদি নুঙাইতবগীশুনি
তাইনফম ওইরি খুদিংমক্কী।

তৌজব্বা কয়াগী মহৈনি
ওইহল্লসি অফবা
চাহল্লসি মহৈ চাবা,
চিন্থারশি পীরাং মাগীদমক,
চংলে চংনা খল্লশি
তুল্লে তুম্না মঙ মঙলশি
তুম্বগা চাবগা মচিন-মনাওনি,

কাযনবশু পম্থুংনি পুন্সিগী
হাযনরিবা ব্রাহৈনি,
ওইহল্লশি হরাও মীনোক তম্বা
খুদিংমক হবাও মীনোক তম্বা
খুদিংমক য়াইফরশি
থোং নৌরবা ব্রাখলশিদা
কনানা কনাবুনো
তম্বা ঙম্বা নত্তে
অদুবু তম্লশি হরাও-মীনোক তম্বা।



# বীদ্যনি

তম্নসি মহৈকোলদা,
ময়েক চৎলশি ইবা পাবা ঙম্নবা,
খুদিংমক জ্ঞানগী তুনফমনি
হিদান্নরি ঙম্নমক,
চাওখৎপগী অয়ৌবা থাকশিদা,

পুন্সি অমা থবক অমা,
অসুম্না মহৈ চাহল্লশি
নে না তানা হিংলশি
ৱাদনা নুঙাইবা লৈতবনি।

হো, ইমা ঐসু লাক্কে
নোং চুই লাক্কনু
শাটিন তুপ্লগা লাক্কে
লম্বী নাল্লি লাক্কনু
চৈশু শুদুনা মরাক্কে
হায়বদুনি।



# খোঞ্জেল অমসুং মীৎয়েং

অচিকপা কানি
পোৎশিংনা লৈতেংলি
অরি নুঙশেলদা মায়থোং
কেরি পুন্সি
লৈতেংগুম
খঙহৌদনা মঙাল পীররি
য়েংথোকলুই কনাবুনো
থোঙ গম লাওনা
থিংজল্লি,
অমত্তা ওইখ্রি মঙাল অমসুং মীৎযেং,
পাক চাওরবা পুন্সি ঈপাক্লি,
নৌ য়াওদনা হি হোনবদি
ঈয়াইদা লুপচখিনি
হোল্লশে ঈথক অমসুং ঈরৈদা।



# গান্ধি নীতি

তল্লশি গান্ধিগী নিতি নিয়ম,
ওইহল্লশি মহাকশু গান্ধি
নোংমগী নিতি নিয়ম নাইনা
পাক চাওরবা পুন্সি ঈপাকশিদা,
জাৎ বিজাতি নাইদনা
ওইহল্লশি নুংশিবগী তুংনফম।

খুদিংমকপু ওইহল্লশি গান্ধি
শকতা নত্তে গুণদনি,
লিচিংলশি গান্ধিগী ব্রাখলনা
জয তৌরশি খুদিংমকপু
ঐগী মীগী নাইদনা
খুদিংমক ব্রাখললোনদনি।

নিতি, নিয়মবু তুংইল্লিবা
মহাক্কু গান্ধিনি গান্ধি
লাল্লবদা চুমথোকপীয়ু
শোয়রবদা ঙাকপিয়ু
পুল্লশি ব্রাখললোন
মান্নবা, শেন্নশি অনৌবা
গান্ধিশিং।



## বাজেৎ

ফল তাথ্রবা অমদুনি
ওইরিবা লিচিং
অঙ্কা হোৎলি চুম্না
ব্রাখল লিচিংলি
হায়ফেৎ ফল মান্নবা
অঙ্কা য়াওদবা পুন্সিদি
পুন্সি নত্তে তাংজফমনি
মথংদা অমুক হোৎলি
অসিগী মথংদা মসি হায়দুনা,
লেপ্পা কৌবা মবৈতে
মসিনা লোইবে মদুম্না
তৌরশি হায়দুনা
লোইব কান্দা লোইবনি
ফল তাবি মথঙদা
অমুক অসুম্না
হিশাপ হোৎলি
তৌগদবসু মদুনা মদুদা
চৌবাকপা অহানবা অঙ্কানি।



# নিঙশিং ফুরা

নিঙশিংনফম্নি তাজমহল
ৱারিশিংগা ঈরোইনরি
অহৌবা অমসুং অরোইবা
মীরোল কয়ানি, চারোল
শুবোনশিংনি যুগ, বীজুক্লি
হৌখ্রি চৎখ্রি অসুম্না।

নুংশিবগী তুংনফম্নি
তমজনফম্নি খুদিংমক্না।
হৌৎলক্লিবা কযানা নাথৈনবা হোৎনবি.
ওইজবনা মাঙ থাবি
কলক যেংথিনবি
চীনদনা অমা, খুৎতনা অমা
চীনগা খুৎকা মান্নদবে।



# জগৎকি হৌনশানি

চৎলিবা পুন্সিনা যাইফববদা
যাইফ মঙ্গল পীনবিবি
অকুৎপদা লৈতৌবা
অতোংবদা লৈথোনবা
জগৎ সংসাবনি।

কনা অমনা কপ্লি,
কনা অমনা নোক্লি,
কপ্লগা নোকপগা
মচিন মনাওগুল্লি,
নোং ফাদোকশু পেন্থোকশি
পেন্থোকপা হৈবা থম্মোইনি
খৌবাংলবদা ঈশিংনি
বান্নবদা উপালনি
পোখ্বানবি অসুম্না
কৈগী মপাল নাপীনা তাঙ
নাপীগী মপাল কৈনা তাঙ।



# পুন্সিদি পুন্সিদি অঙ্কানি

পুং কুনমারিনা নোংমা শাই
মীনট হুস্ফুনা পুং অমা শাই
সেকেণ্ড হুস্ফুনা মীনট অমা শাই পরাদি ফাই,
তৌগদবা ইথৌদাংনা নাথৈরক্লি
পুন্সি পুংজনা অসুম অসুম নকশিল্লক
কাওগনু হে মীওইবা
ঈয়াইদা তাওবা কোঙ্গোলগুম্বনি,
অৰুবনা ময়াইনি, অনৈবনা মতাইনি,
খল্লু হে মীওইবা
পুন্সি শিন্থা পাংলশি
ঙসিশিনি লৈতাকতে
হয়েং শিনি পাউজেলদে।



# পৈশাগী ভেলু

পৈশানা পৈশাগীদমক
চোপ চোপ চান্নবি,
অথোই অহেন তান্নবি,
কল্লক যেংথি হেনগৎলক্লি,
খুদিংমক্কী মপুদি পৈশানি,
পৈশা।

পৈশা নঙবু তানগে খন্না
তানববা?
তাল্লোই খন্না তানদববা?
ওন্থোক্লসু চাওখ্রেদা
পৈশা নহাক্কী নগুল
তবেৎকী শেঞ্জা অঙনবা
ফৌ শংবাই অথনবা
খাবি পবেং অচোনবা
শক্লবি, শোন্নবি, খিবীক্লা।



# লাৎচরিবা ঈশ্বরনি

গোং গোং হায়বা কাংশিগী
খোঞ্জেলনা ঙৈহাক্তি সরক লমজাও
পুমনিল নিল্লি;
য়ুমথোং য়ুমথোংদশু ধুপ থামৈগী
মনম অমসুং মঙালনা ঙৈহাক্তি
পুক্লিংগী থাজবা, নোংলুপ্পা অমসুং শান্তিবু পীনবিরি;
হে! ঈশ্বর তাইবঙবু শেম্বীরিবা
তোল্লবা ননাইনা হন্না হন্না
খুরুমজরি;
অচান মীরাই নাইদবনি নহাক্তি
খুদিংমক্না শেম্বীবা মপুবু
নেনা তানা খুরুমজরি;
খুৎশেমতনা তুহৎপীরবা নহাক্তি
মান্নবা থাক্তা থম্বীরি
খুরুমজরি হায়বা ৱাহৈশিনা।



## ৱাখলগী লিচিং

ৱাখল খল্লি অসুম
লেপ্পা লৈতনা;
অনৌ অনৌবা ৱাহৈশিংবু
তৎতনা পুক্লিংনা থিরি;
ৱাহৈ চবুল চবুলনা পুন্নমক্কী অর্থ পীনবিরি;
পুক্লিং নঙবু মকা লামহনবদি
তাইবঙ মীওইবগী হৌনশানি;
তৎনা থানবা য়াদ্রবা
তাইবঙ পানসিদা খুৎতা
কলম পাইদুনা অঙৌবা
চেবাংথক্তা ৱাহৈশিংগী
পান্দুপ ফাক্লি
মথেল ফানা লৈতেংলি
লৈচল ফনা লৈহাপ্লি।



## খুবাক ঈশৈ

নেম নেম নেম্না শাৎলি
মালিকা মালোতি জুতি,
নেম্না নেম্না হৌবি উশু,
হৈনৌদ কোকিল,
কদমদা ব্রাহোং,
খোংলি কোকিলশু,
ব্রাহোংশু জগোয শাবি।



## অসুম্না হায়রি

ফম্বা কল্লগা ফমেন ফংই,
শাযবা কল্লগা ওইনমই,
চৎপা কল্লপা পম্বুং ফংই,
লেপ্পা কল্লগা কমলাক চোকই,
তুম্বা কল্লগা নোযথোকই,
মনুং লেল্লগা তৌবিমল খংদে,
তৌক তৌকবা খুদিংদা মায
পাকপা পীবি।



# নুংতি নুমিৎ খুদিং

লাপ্না তামহৌববা,
ঙল্লোই থম্মোয়দদি বিদায় পীবা,
অহোয়নদুম নিংশিংবা হেল্লকই,
চৎলে চৎনা খল্লি,
ফল্লে ফম্না উই,
তেল্লবা মতম খবগী মনুংদা
মখোযশু ঐগুম্বনিকো,
শোযদনা খল্লমগনি ঐগুম্না
নুংতি নুমিৎ খুদিংদা,
মীৎযেং তাকু হাযফেৎ
অউবনা নিংশিংবা হেলহল্লি
উদ্রবদি অকাওবনি।



# হে কোকিল

তারি নোংঙাল্লমদাই কোকিলগী খোঞ্জেল
কয়াদা পুক্নিং থুক লাওহল্লিবা
ওস্থোক্লসু খোয়থুমনখ্রবা
মীরবা ঈশৈগী শুরগুম
বসন্তগী নোংঙাল্লমদাইদা।

অমুক হন্না তাবা ফংখিদবে
হে কোকিল নহাক্তি কোযপায
পাযদুনা চাকতাবি মফম
অমদগী মফম অমদা
ঐগী থম্মোযনা কল্লক্তবা ঙমদে।
লাও কোকিল অমুক্তা পাযবককখো
নঙবু উবা ফংদ্রবশু অমুক
হন্না খোংলো লাও
মতম চুপ্পদা ঐগী থম্মোয়দা
খোনথাং য়েরো লাও।



## খল্লশে অসুম্না

মান্ন মান্নবা কযানা হৌনদুনা লাকই,
মান্নদ্রবা কযাশু হৌন হৌনদুনা চৎখ্রি,
মসিশু তাইবঙগী হৌনশানি
হে মীওইবা তেঙবানবা মপুনা
ডাকপী শেনবিবি,
শেন্নীবা মপুনা মীওই ওইনা পোকত্রবদা,
কবিগী নিংহন্নবিবা তাইবঙ,
শীনথা পাংলশে,
লাইনা যাৎপা খাযাৎনি
লেম্না মাঙবা হৌনববা,
খল্লশি খুৎতা পাযবা
ইতাওগী যাদা হুকপা
ইচাগী, কুৎ লাওবা
ঐগী।



# মঙাল

মঙালশিংনা থোংনাওশিঙদগী
চংলক্লি, নুমিৎ তাম্রগনি হায়বগুম,
য়েংনিংলুবা ফাওদে অদুবু
ঐগীদি আশানি
প্লিবা মঙাল্লক্তা জগোয়
তম্থাবি,
মনিং মখা কযামকম তল্লি
অদুগা অমম্বা কযাদি
নাথৈববি তপ্না তপ্না
পুঙলোনগী মতুং ইন্না
জগোয শাবি।

হে, অঙানবা পীনবীবকখোকো
নহাক্কী মঙাল,
শক শোঞ্জগে তাইবঙ
মীওইবনা,
পীনবীবো লেপ্পা লৈতবা
মঙাল্লক্কী আশা,
আশা অমগী মকমদা
আশা অমনা তাংজবনি।



# আশা

তুম্বগা চাবগনা ইথৌদাং
ওইববদা কবম্বা আশানা
মযোল চোংলক্কনি;
উপাল ৱাপাল কযাদি বসন্তাদা যেনিং হুল্লবি
আশং অমান্তনা থল্লবা
জগৎ সংসাবসিদা য়েংবগী
পেনবশু নাইদবি;
মতম মতমগী উচেক ৱাযাশিংসু
কুম কাংদবি।

কল্লকচবি ইনিংবা
খোগংলবা উচেক্কুম;
অযুক্কী লিক্লাশু তাক্তবি
তেকখৎলো পীনবিবো
অনৌবা আশা;
পীবাং নত্তে, খোযথুম্নববা
আশানি যেনিং হুলহনবীবো
পক্লিংগী লৈকোলদা,
তেকখৎহনবিবো।



# মফমশিংনি অসুম্না

ঙায়োক চফুশু তুম্বা ওল্লম্লে;
তুরেলদা থুম্বা কাওশিং;
ঙানা ঈশিংদা লৈবনি,
ঈশিংদা ঙা লৈবনি,
ঈশিংসু ঙাগীনি,
ঙাগী ঙামীনি।

ঈয়াইদা শাৎলিবা থরো থম্বাল
ঈশ্বরগী খুয়াদা কৎলশি;
ঙম্নমক য়েন্দাই থন্না লৈহাপ্লিবা
কোনুংগী আরাতিশু,
গোং গোং খিংলবে;
হৈকৎ লৈকৎ তল্লসি
ঈশ্বরগী খুয়াখাদা চংজরসি।



## অঙকপা নত্তে

নুংথিল পোবোপতা থোকপা লিলনি;
তাইবঙদা চাদা নৌদারি
কনানসু খংঙোই উরোইদবদৌনা
শাববা কালেন থাদা;

ঈংনা মেঙনা ফজরবা
মেবা থাগী থাবলদা
থাবলগী মঙালবু ঙমজবীনি,
পাক চাওববা সমুদ্রগী
ঈবোলনুংদা চীং লৈবম্বা
অঙকপা নত্তে;

অহাংবা শুনদ্রংদা
মী তাবা অঙকপা নত্তে
বিজ্ঞান্না খম থেঙনা চাওখৎলবা
মতমসিদা;
ঐসু নঙসু, মাশু, তারি, খংলি।



# মীনা মীবু শেম্বনি

গ্রো গ্রো নাখোক্লি
শারবা কালেনগী মৈশাদা
শুফম চাফ খংদ্রবদৌনা,
ঐশু, নঙশু, মাশু অমহানি।

তাইবঙপানগী খুৎশেম অঙকপনি,
তৌক তৌরুবা খুদিংমক্তা ইকান্দা
কান্নবদৌনা পীরি,
লৌরিয়া কা য়াৎলসি,
ঈশিং লিক্লম য়াৎলসি।

মতাং মতাংগীনি
পুঙলোনগী মতুং ইন্না জগোয
শারশি
ঙাসু থোংসি থুমশু থাকসি,
হাওসু হাওহল্লসি;
মসি তাইবঙগী চৎনা পথাপনি,
অফবা লৈরবদি ফৎতবসু লৈবনী,
মসিনা তাইবঙগী হৌনশানি
মীনা মীবু শেম্বনি।



## অমমবশু অঙানবনি

অমমবদো অঙানবনি,
অঙানবদো অমমবনি,
চৈশু তেকশি,
লিনশু শিনবা,
শেৎনা খাইনবা য়াদবা তাইবঙনি।

অঙকপনি মীওইবগী খুৎশেম,
শাংনা ব্রাংনা অতিয়াবু
ঙমজরিবা,
খুৎশে নঙতনদা তুহৎপীবি
প্রকৃতিবু,
দৃশা কয়াশিংনসু কয়াদা
পুক্লিং হুনা ফজহল্লবা,
য়েংবগী পেনবসু নাইহনদরি,
তারুবা উরুবা, খঙলুবা
কয়ানা মফম চানা চানা শিনবীরি,
ইথৌতনা কোনবনি
মীৎয়েংতনা হানবনি
করিবু হায়না হায়রসিগে
চিনগা খুৎকা মান্নহল্লসি।



# অমম অঙাল অনিগী লংদাইদা

অমম অঙাল অনিগী লংদাইদা,
ৱাখলসু মনিং মখা তল্লি,
হায়ফম তৌফম খঙদে,
কয়াদা পুক্লিং হুরিবা,
য়েংবগী পেনবা নাইদেদা।

হে, নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক
নখোয় খুদিংমকসু ঙম্না ইকায়রবরা?
নাথৈরক্লে নখোয় খুদিংমকপু,
লাইজাগী ঈশিংগী,
তুরেলগী লাইজনি।

অকি তুজুংবা ফাওদ্রবা
ননিং নখা তমখোকো
লাইজা ঈরিক খিকলমখোকো
ঐনা পোকপনি মানা চাওবনি।



## মীওইবা

পুন্সিশি শিংজু ময়ালনি
হিংবগী অর্থ পীনবীরি
করবার তৌবা শেন্দোং মাঙদুনা হল্লকপনি,
কল্লকপা, য়েংথিবা, খুদিংমক
তাইবঙগী হৌনশানি,
ঋতু তরুক্লা থৌগল্লিবা
মহৌশা লাইরেম্বীনি,
ব্রাংতা পাদবা প্রকৃতিনি,
মীংয়েংদা নায়েংদা শকওংদা
শাদদা খুদিংমকপু
শেম্বীবনি তেংবানবা
মপুনা,
হে, মীওইবা কৌবা নহাকশে
ওস্থোক্লশু তমথিখ্রেদা,
করিগীনো নঙনা অচান
নঙনা অচান-
মীরাই নাইরিবা।



# ইমাগী থৌজালনি

হে, ইমা মণিপুর
নচা লিশিং লিশিংনা থৌগল্লিবা
চিংদা কাদুনা থিজরুই নচাশিংনা
তমদা কুমদুনা থিজরুই নচাশিংনা,
ৱাৎত পাদবা পীনবিরমখো।

ইমা নঙদি লেঙদ্রবীনি,
জগৎ সংসারবু শেম্বনি,
করিদা শোইখিগদকে য়েংশল্লিবনি
নচাশিংসু তুংইনজগে।

ৱারে ৱাদা
চৎলে চৎত,
অখাঙ কলহনবীরো নচাশিংবু
খুদিংমক ফহনবীরো,
য়াইফ মঙ্গল পীনবিরো।



# ঐগী পুক্লিংগী লৈকোন্দা

শাৎচগে লৈখোক অমতদা,
কুম অমদগী কুমশিং ফাওবা,
ওন্থোক্লশু ফজখ্রেদা হে, লৈবাং,
যেংবগী পেনবা নাইদেদা,
শাৎলবো ঐগী পুক্লিংগী লৈকোন্দা
মতম চুপ্পাগী ওইনা।

তীনখং তুমবৌতনা থল্লবা,
উনালক্তা শাৎপদি তাইবঙ
কনানসু খঙবীবোই,
ঈশ্বরগী খুযাখাদশু
পুনেমজবোই পাওমেনজবোই।

খোইমু লাবা কযাসু
লৈহি চুপকদগী কোপাই-পাইববে,
ঙবাংতা পোম্লম্বা লৈরাংদো
ঙসিদি ফুগাইনা শাৎলম্লে,
পোকমিন্নজগে লৈগী জাৎতা
তোংমিন্নজগে উশা অমতদা
লাও ঐগী পুক্লিংগী লৈকোন্দা।



# খুৎলাম তোয়না কৌরি

লাপ্না তমহৌরবা লমদমদুদা
থাদোকলমখি ঐগী নুংশিরবা
ইমা, ইপা, ইচিল ইনাওশি
খুৎলাই তোয়না খৎতুনা কৌররী
লাকলোগবা ঐগী পোক্লফম লমদমদা;
পলেম ইমানা লুম্বরা,
পহৌ ইপানা মব্রাংই।

ঐ, নঙ হায়বা থাদোক্লবা
যাদবনি জগৎ সংসারশিদা
অসুম্না তাকপীরম্লি;
পুন্সি লিচিংবুদি,
ইথৌদাংনা লুম্বরা?



# ইমাও

শারবা কালেনগী মৈশালাক্ত,
ওন্না থোইনা খঙলিবী ইমাও
ব্রাৎতা পাদবা লমদমনি,
নপাবি, চা লিশিং কয়ানা
থৌগল্লিবী,
লাইবক ফৈদা ইমাও,
চানিংবতা চা শেৎনিংবতা শেৎলিবা
কবিগী নীংহন্নবীবিবনো?
খুৎতা শাটিন পাযদুনা
ইমাবু শেবা তৌজনিংলিবা
নচাশিংনি;
পেন্দবা কয়া লৈরবসু
তাকপীয়ুবা ইমাও,
তোল্লা তারবা নচাশিংনি
খন্দুনা মীরাইবা তৌবীগনু ইমাও,
কালেন থানা
লাল্লবা, ইঙা থাগী
থাজিন্দাদী পেনবীয়ুবা
ইমাও



# ইঙা থাদা

ইঙাগী নোংজুলক্তা শকহেক শৈদা
তল্লিবা লৈরাংশি,
কুমশিং কুম্না তাদরি
শাৎলোগবা ননিং নখা তম্না,
মপুগী খুয়াখদা পাওদম্লশি,
নুংবিা লৈনমবু পুরিবা
মালঙবা নুংশিৎতা লৈকায় শাৎনা য়েল্লশি
থৌগল্লোন বেব্যার কায়দনা
কুম অমদগী কুম অমবু
থৌগংনা ঙাইরিবনি,
পানখৎলকপা, ইঙাগী পুর্ণিমাদা
পুক্লিং হুনা নিংথিনা ফাজরবা
লৈরাং ও, য়েংবগী পেনবা
নাইদরি;
ঙাইখোকো মালঙবা মাসু
ঙাইবিবনি মব্রা মপাও
পুগদবগী



## ব্রাৎতা পাদবনি

পোথারি ফমুং খুদিংদা
শারবা কালেনগী তল্লক্তা
নামিবা নুংশিৎশিংনা থোঙ
থোঙনাওশিংদগী ফাওজল্লকই
তপ্না তপ্না হকচাংশিংদা
যৈববি;
তগৎ তগৎ তেক্লবা হকচাংশিংনা
হাংচিৎ লাঙলি জগা জগাদা
ফমদুনা;
হাযনৈ খোগংলবদা
ঈশিং, লাল্লবদা চাক
ব্রাববদা নুংশিৎ অসুম্না
কায়ফদবা তাইবঙগী শিন্থানি
অমতা চিৎথবা য়াদবনি
খংজল্লু হে, অঙাংশা
ব্রাৎতা পাদবা মণিপুরগুম।



# ত্রেন গাড়ী

কয়াদা ৱানা খঙলিবা য়াংলবা
ত্রেন ও,
পন্থুং খুদিং খাল্লরি
কয়া অমনা মীওইবগী সেবা
তৌররি, লাওররি খোগংলগনু,
‘হৈখ্রেদা ওস্থোক্লশু’
অদুবু ৱাৎপা য়াদে পৈশা
শেনজাও পায়বদগী পায়দবা
লাইরবা ফাওববু, ওস্থোক্লসু
শাক্তি লৈখ্রেদা ও, পৈশা ও
কয়া অমনা খুৎতা জুল্লি
পায়দুনা পৈশা তাল্লিবা
খুদিংমক অমত্তা ৱাৎপা য়াদবগুল্লি
খোঙতেকতগী মীৎ তাঙলবা
ফাওবা।



# পেন্থোক্সি

চৎলু চৎলুবা খুদিংদা
ইয়ুমগুম্বনি খল্লুরি,
পেন্থোকপা, হৈবা থম্মোয়নি,
পীরি, য়েল্লি, লৌরি, খুদিংমক্লা।
ইকাই খুম্নরি খুদিংমক্লা

অৱাবা কয়া পোৎথনরি
তৌগে খনবনা কয়ানি,
শৌগুমলোইদবগী ৱাতনি,
খৱতা চাশি, খরতা পেন্থোকসি।

য়েংঙু য়েংঙু খুদিংদা
কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তো,
শাগৎচখি আশা কয়া,
ঙম্নমক মাঙদরি অহাংবা
অতিয়াদা,
তিনখ্রশনু খুদিংমক
অহাংবা অতিয়াদা
ঙাযখিশি ঙম্নমক
শোয়ফদবা য়াৱানি।



# অতোপ্পশিং

মীনা চোল্লবা মফমনি,
পুমনিল নিল্লরি ঈশৈগী শুরনা,
ঙাইনরি মাগী মাগী কয়ানা
কৌশল্লকপা,
ঐসু অমহানি মখোয়দা
"অতোপ্পশিং" হায়দুনা লাওরক্লি,
ফন চোংখৎলি অনেম্বদগী
অৱাংবা ফাওবা,
হংলক্লি "অমবেৎকর"
পাওখুমখি "শাবিত্রি"
কোনচাক অমনা য়েংবগুম্লি
মপুগী থৌদা য়াবনি
পেল্লবদা অমুক নৌহৌনা পীরি, য়েল্লি কায়দনা,
অমসু মঙাই, অমসু মঙাই
ওনথাং ওনশিন তৌনরি,
হায়নখিবা কয়ানি শোইবা
য়াদবা থৌদাংনি।



# দিল্লি সহর

তোল্ল তাববগী "দিলিৎনি"
অহোযনদুম পীবাংলক্কী
মোমোন মীনোক্লি
ভাষন পীবি কযানা
মাগী মাগী অঙশ্বী
থাক্তা.
মযাই থংবা ভাবতকী দিল্লি
সহরনি
যেৎতুম মমাইমুক্তা পাকপনি,
ভাবতকীদি কোনুং ওই,
তিল্লবি মখল মখা
কযাগী মীশিংনা
মতমদু নিংথম থাগী
ঈংলবা নিংথম থাগী
ঈংলবা উন্না থক থক থক
নিক্লবা,
পান্দম ব্রাৎলি
চংশনখিনি ফংদ্রিবা ফাওবা,
ঐসুনি মাশুনি
অমসুং মহাকশুনি
লৈবি খুৎতা
অমভা বাৎতনা
খদিংমক্লা পাঙ্গলনি।



# নিংশিংনসি

অৱাং থংবা খম থেঙবদগী ময়াইথংবা
ভারতকী দিল্লিদা খোঙলোই হুল্লুই
পান্দম অমগীদমক;
হায়ফেৎ হৱা নুংশিং মান্নরবসু
খেৎনবা কয়ানা লৈতেংলি;
চান্নবগী হিংবনি,
হিংবগী চানবনি,
চাশন্নরি হৱা-নুংশিংকা
অমমমতা ওইনা;
ইয়াম্বা ইবুং শক্লবা কয়ানা,
নৌহৌননা তেংবাংলি, শক শোন্নরি
পাওনা ব্রজাবাশি হিজম ইরাবোৎ
হায়পৌ জাদোনাং, রানি গাইদিংলুঙ;
মীরম নত্তে ইরমদমনি
পুং খরাশিংদা
নখোয়শিংবু শকতাক্লি
নিংশিং মেডলশিংনা
খঙবীরি তাইবঙ মীওইবনা
মুৎনাইদ্রবা মতমগী
ঈরোলনুংদা।



## মতমগী খোঙলোইনি

লাওথোক্লি নিংশিংলি
অমমমতা ওইনা;
ইকাই খুম্নরি খুদিংমকপু,
ওন্থোক্লিংবা থবক কয়ানি;
মতাং মতাংগী হায়বদুনি,
তবাগী মপুনা লেংথোন ফাই;
মীহৌবোলগীদমক লম্বী যাৎলি,
পাবি পুবি শক তাক্লি।

নিংশিংলিববা অথৌবশা,
"অদুঙৈ মতমদো"
পীবাংতনা চোৎলবা
মাযথোংনি অহিক্লবা
খোন্থোক্লি;
বৃটিশকী লোইলম
শাসোন মখাদা
মীনাই য়োৎলিং চল্লিবা,
অদুবু নচাশিংনা
শক শোনখিগনি,
হিংলিবা ফাওবদি
তৌঙমদবা লৈতবনি।



# অসুম্না খনতোক্লসি

মীমান্নবা ঙমদ্রবা ইরমদমনি,
নোংমদি চাক্লি ফিনিবনা থল্লগদবা
মীরমদম মীয়ানচাশিংনা;
লমনদি চাওথোকতা, চাবীনবদি
কোঙ্গাইনি;
মতম অমগী ব্রাৎতা পাদবা মণিপুরনী,
নাৎ অমসুং ফীজেৎ লৈতেংদা
তাদবনি;
শক্লা শোন্নরি,
তুংগী মীরোলশিংনা
ঙসিদি খুদিংমক মমি শান্নক্লে
তমজরিবা কয়ানা,
অদুবু মতাং মতাং হায়বদুনি
অসুম্না খনতোক্লসি;
নত্রবদি করি ওইগনি ইরমদম
পুথোক পুশিন তৌনরিবা
কয়াদা ব্রাংলবা থাক্লি
খন্দোক্লসি।
ইমা নঙদি য়াইফবীনি
তুংগী মীরোলশিংবু লমজিং
লমতাক্লিবনি;
ঙসিনা করি ওইগনি,
হয়েংনা করি ওইগনি,
খঙদ্রিবা নচাশিংনি;

## ইমাও

ইমা নঙদি য়াইফবীনি
তুংগী মীবোলশিংবু লমজিং
লমতাক্লিবনি;
ঙসিনা কবি ওইগনি,
হয়েংনা কবি ওইগনি,
খঙদ্রিবা নচাশিংনি;
ইমা লৈবাক লমদম লৈনুংশি,
অফবতা পীনবীবো ফত্তবা
কযাবু নাথৈবীবো;
চীংনা-তম খাক্তনা,
চীংনা কোযনা পনশাবা,
চীংমীনা কোয়না পনঙাকপা
ঋতু তকক্লা থৌগল্লিবা
তাইবঙদা চাদা নৌদারিবা।

## খুবাক ঈশৈ

নুংশিৎ লিবি, লিরি শিৎলি,
উনা লৈনা জগোয় শাবি,
শাৎকাইবে লৈনা মকা ফন্না ফন্না,
সুকদসি বৃন্দাবোন, শুখ মযে কুনজবোল
গুন, গুন ধোনিবৈ,
আজা মোধুবা বৃন্দ্রবননে, ভমমোরা
ভমোবি গুন গুন ধোনিরৈ
গুন, গুন ধোনিরৈ।

## হিংনবগীদমক

থবক শুরি, পোরম য়াৎলি,
থক খা খংনরি,
শিদগী হেনবা করি অমুক লৈরিবগে?
নেনা তাদবা পুন্সিবু "পুন্সি" কৌবরা?
লৈত লাইরা শেৎনা খাইনবা
য়াদবনি,
খরতা চাসি, খরতা শুসি,
নুমিৎ খুদিং চায়নবুংনি,
চারি-থক্লি মহাও-খংলি
চানবগী হিংবনি,
হিংনবগী চাবনি,
অসুম্না অর্থ থোকহনবনি।



## চপ মান্নরি

অমনা অমবু চোপ চোপ চানরি,
ঐনা হেল্লে মানা হেল্লে চৎনরি,
খুদিংমক তাইবঙগী লীচৎ
ওইখিবনা কনাবু ৱারৌরুগনি,
সমাজ অমদা তারিবা
মমিনি।

ঐ অমসুং সমাজ হায়বসিগী
পল্লোন নুংদা খুদিংমক
ওইথোকহল্লি,
ওইথোক্তবা লৈতে খুদিংমক,
চীং লেম্লবা কয়াশু
হৌখ্রি-চৎখ্রি অসুম্না।

লেপ্পা লৈতবা তাইবঙ
খোঙচৎনি, শুরোন, চারোন,
মীরোল কয়াগী জুক বীজুক্লি,
খেৎনবা লৈতে,
মালেম খুদিংদা
চপ-মান্নরি।



# তাইবঙ পান্দা

পেন্দ্রবা মপোকসিদা
কনাদা ৱাকৎলুগনি,
কনাদা তায়নরুগনি,
ওন্থোক্লগু পেনদ্রেদকো।

করম্বা মতমদা য়াইফরক্কনি
হায়বসু হায়বা ঙমদে,
তোল্ল তারবা মপোক্কুম
ঙসি হৌখ্রি অসুম্মা,
হয়েংগু লাক্কনি অসুম্মা
খেৎনবা লৈতে ৱাখল,
হোংলিবদি পোৎশিংনি
পোৎকী মগুন ঙাক্লা চৎপা
তারবদি করি ওইহৌগনি,
ঐদি পৈশাসু লৈত,
পোৎগু লৈতা,
মাইথিরবা লান্মীগুম
মাইথিরে তাইবঙপান্দা।



# নমাংশু লাং নতুংশু তেন

চাক্লা চাক্লা খাংলি,
থিঙেলদা তাইনবা ঙমদ্রগা,
নাশিকখোঙদা তাইনবি,
কবি অমুক হাযগনি,
সুম থোকউ তমখিবননি।

পেন্থোকপা হৈবা থম্মোযনি
তিংদবদি যাদবনা,
ওইথোকহল্লি খুদিংমকপু,
যেংখি যেংখিবা খুদিংমক
মইকৈ-মবিনা কোযশিনবগুম
কোযশল্লি,
ওইববি থম্মোযগী জেল।

নুপী ওইবী মপোক
ওন্থোক্লসু থিখ্রেদা,
খোঙকাপ খুদিংমক অমত্তা
শোযবা যাদেদা,
হা উবোক নমাংশু লাং
নতুংশু তেন হাযবদু
হেক থোকইদা।



# অচুম্বনি ৱাফম

ঙাদি লিরগা হাওবনি
মীদি লিরগা য়োং মানবনি,
হায়মনবা থোক্তে
ককপা য়াদে,
কয়াদা খেৎনরিবা নুপা-নুপীশিংদা,
শিবা নাইবা মীওইবনি
কাওফদে।

চৎলম শুবম খঙদবনি
পেঞ্জবগী ৱাকৎনি
কনানসু তাবিবোই,
অসুম্না চাক্লগা হৌখিগনি মতম।

পুন্সি চুপ্পা নিংবা কাযরগনি,
হৌমিন্নবা কনানো?
হৌমন্নদবনা কনানো?
খুদিংমক অহান-অকোন্নি,
উর উরগা থোইনা হেন্নদুম
চাক্লক্লে থম্মোয়
লকানুংদা।



# মীচং

মীচং খোল্লি ঐগী-মাগী হায়দুনা,
ঙাংলিবনি-শক্লিবনি হায়দুনা,
চৈ থাংবা নত্তে,
নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবনি
পুন্না হিংমিন্নবগী অর্থ
পীরিবনি।
ব্রাহৈশিংনি পাওখুমশিংনি
অমনা অমবু,
করিসু নত্তেদা,
ব্রাগী ব্রানি,
চিন্দা পৌদান্নবা নত্তে,
থম্মোয়গী পাওখোঙনি
পাওখুম্নি।

উনরিবা কয়াদি মফমদুনি,
উনদ্রবা কয়াদি ঙাংনরিবনি,
ব্রাহৈদুমক্কী কারন নত্তে,
থোইদোক হেন্দোক্না
মগুন হাপ্লি।



# লোনথোক্তবা পুন্সিনি

চামিন্নরি-থকমিন্নরি,
পুন্না-পুন্না,
হিংবগী নুংদা ব্রাহে পীবিরি
পুন্সিশে ওম্বোক্লসু লুখ্রেদা
কদোমদনো ঐনা চৎকদবা।

চৎলে চৎনা মদু মঙাই,
ব্রারে ব্রানা অদুম মফখি,
কৈদৌঙৈনো ঐখোয়না অব্রা
পোৎলুম থাংথগদবা,
পুন্সিদি ব্রাখল পোৎলুমনি।

নিনিগী আশা হুমনিগী পীরাং,
তশেংনমক চুন্নবনি,
মী ওইনা পোক্লবা মসিমদি
শোয়দ্রবনি,
অহান অকোনগী ব্রাতনি,
পোক্লবদি শিবা তাবনি।



## ওইথোরক্লি

মৈগী চীং পোকখাইরক্লে,
লভা ময়াম থোক্লক্লে,
অশাবদা অশাবা পীযু,
নুংঙাইবনা নুংঙাইবদা পীযু,
অৱাবদা অৱাবা পীযু।

ওজোনগী লৈরোন লাক্লবদি
করম্না হিংগনি মীওইবা,
মীওইবনা মীওইবগী
খুন্দা লৈতানবা শেম
শাববা মতমনি,
লাপ্না নক্লবা মতমনি,
চাওখৎপগী খম থেংলবা
যুগনি,
মতাংশিদা মীওইবনা
মীওইববু হাৎতোক্লরি।
থোক্লবা কান্দা খঙবনি
হায়নরিবনি।



## মীওইবনা ওইরিবা

তুম্বা অশিবগা পাংখক্লি,
অদু ওইরবদি য়েংববু হৈরবদি
কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তা,
ফম্লমবদগী চৎলবদি করিনি
হায়না হায়রশিগে,
ফম্বা কল্লগা ফমেল ফমই
শায়ব শাযরগা ওইনমই
লেপ্পা কল্লগা কমলাক
চোকই হায়বদুবা?
ওইথোকখ্রসনু খুদিংমক,
পুক্লিং অনি লোংদবা,
অথোইবনি অথোইবনি
হাযনবদাই নুঙদুম কল্লবা
থম্মোযনি,
থৌদু নুঙগুম তাববা?
লোইবা খম্বা নাইদে,
খল্লুবগী লোইবা নাইদে



## থৌদোক ব্রাথোক্লি

থোদোক্লি ব্রাথোক্লি,
থম্মোযদা মমি তারিবা,
কযাদা নিংবা কাযববা,
কাযবগনি পুন্সি চুপ্পা,
হাযঙমদবা তৌঙমদবনি।

তাইবঙপাল শেবাৎনববীনি,
মতমদি অসুম হৌখ্রি,
কনানসু থিংবা ঙমহৌদে,
পুন্সিদি অসুম নিংবা
কাযশল্লক,
কদোমদনো ঐনা থাংগদবা
খোংথাঙ

লম্বী চৎপা তুং হল্লক্লে
চিন্তাগী পোৎলুম ওইবক্লে,
শিবগী লম্বী যাৎলক্লে
কৈদবু লৈবগে?
কৈদবু চৎপগে?
পীবাংলক্কী মোমোন
মীনোক্লি।



# বীধাতা

অশোকপদি মথন্তা শায়োল
চোংখৎলকই
থম্মোয়দা চাক্লিবা মৈরিদী
অহোয়নদুম ফগৎলকই,
মালঙবা নুংশিবা
নুংশিবা উপাল-ব্রাপালদা
খুদিংদা কোইনা শিৎলিবা,
থম্মোয় লিচিং পাংখক্লি।
হৈনা তুংইল্লসি,
খোঙকাপ লাওনা থাংলসি
তাইবঙগী খুদিংমক হৌনশানি,
সুম থোকউ তমখিবনা
নোঙদম্বনা বীধাতদা,
কর্ম্ম ফাসি,
হোৎনজমল মহে যালহনসি।



# থৌনা হাপকংপীরো

লেপ্পা নৈতনা হোংনবিবা,
হোংনজমল মহৈ যালহনবীরো,
মীনসু-যাবা লাইনসু
যাবা ব্রাফমনি,
তবেংকী শেঞ্জা লোইদবি
হোংনখিনি হন্না হন্না।

ফজবা ফজদব, কযাদি
অথিবা ফজবা লৈবগুম্বনি,
খবতা চাসি খবতা
থুংসি,
লংহননবীবগনু অমুক
হন্না,
থৌনা হাপকংপীবো
মতম চাববা কান্দা হাযবক্কে।



## তাইবঙগী খোঙচৎতা

ঈশৈ ঙংলিবনি কয়ানা
হৈবা হৈতবদি তোঙানবনি,
হৈ লৈরা থাং লৈতা
থাঙ লৈরা হৈ লৈতা,
মীওইবগী লিচৎনা খুদিংমক,
কনাদবু তাইনগনি।

ব্রাদবা ঙমদে ব্রাখলসে
খন্দবা ঙমদে হঞ্জন-হঞ্জন
লোইবা নাইদবা তাইবঙ খোঙচৎনি,
ঙসিদি হৌখ্রগনি, হয়েংদি লাক্লগনি
শিসু অসুম মঙায
হৌখ্রশনু খুদিংমক তাইবঙ লিক্লা খোঙচৎতা।



## হায়নৈ অসুম্না

খল্লা খল্লগা কোয়জোম্বা ওক্লে,
চুল্লবনি তশেংনমক
মীনা মীবু শেম্বা ঙমদবনি,
অদুবু নাল্লবদা চৈশুনি,
তবাগী মপুনা লেংথোন ফাই।

তম্বা ঙমদে হাযনৈ মীওইবনা
ঙসি শিনি লৈতাক্তে,
হযেং শিনি পাওজেলদে,
ঙম্নমক তাইবঙ মপুগী
লিলানি লিলা,

অথোই অহেল তান্নবি,
শেগা মাইগা হাযনবি।

চাকসু চাসে
থোংসু থোংলশে
ঙসিদি এঙ্গাং হাওরনি
মথেল লুকোয় মযামসে
শুজল্লিগৈ চনবনি।



# নুংশি মপাও

মালংবনা লিরি লিরি হুন্লরি,
নুংশি পাওজেলশু তপ্না তপ্না পুরক্লি,
পামুবা মাগী মকাদগী,
তংহন অমুকশু পাওবু পুদুনা চৎখ্রি
শাবী শানৌগী ব্রাফোংদোক্লে।

কল্লবা ইথক ঈরৈসু
তাওথখ্রে তুরেলদা থুম্বা
কাওশিং ফাওদুনা,
ঈচেল তম্না চেন্থবি
ইতিন্নফম অমদা,
ইমিংশিনদি য়েংলি অমসুং তারি,
ওইথোক্কবা লৈতে খুদিংমক।

পাকশন্না শন্দোকখ্রি
অতিয়া পক্লা শম্নবগুম্লি
শুম শুম চৎলে
পাম্থোইবীগী থোঙ্গালদা কেগে অমা
হৌনবী কেগেদুগী মমিং চোঙারাবা কৌবনি।



## ইনিংবনা ঈখৌ লাংলবা

করি অমুক হায়গনি
ইনিংবদি ঈখৌ লাং,
ইথোকপদি ঙমজদা,
ওমচাক্কনা হৌখ্রনি।

নোংমদি শোইদনা ঙম্লক্কনি
খন্না হিংলি ঙসিশু,
মপাল চাংজৌ মান্নদ্রবা
ইপাক্নি,
তম্বগীশু লোইবা নাইদবনি,
খন্না খন্না মঙ মঙলি।

ওস্থোকপা মতৌবু ওইবনে,
খুৎতা কলম পায়দুনা
অঙৌবা চেবাংথক্তা
মুক তারি,
লোইবা খম্বা নাইররোইদবা
পুন্সি ঈপাক্তা হোল্লি হি
অমুক্তদি লাস্থোকপীরম্মুবা,
ব্রাহে অমনা থবকনি।



## কনানা হেন্না লুম্বগে?

অনৌ অনৌবা শেৎ চারবা
অদু ওইরবদি শোয়দনা ব্রাখল
নৌথোক্লমগনি,
খঙলি মসিশু
উনা উনা থি নেৎলি
অখাবনা য়েল্লি অথুম্বনা চারি,
মতম লাক্লে ঙসিশু
ওইথোক্তবা ঙমলোইদবা লৈতবনি
নিংবু নিংলবা।

হে, পৈশা অঙকপনি নঙগী নগুন,
খুদিংমক নহাক্কীনি,
ব্রাৎপা যাদে,
ব্রাৎপু ব্রাৎলবা
শোইদ্রবনি শোইবা;
পৈশা নঙবু তানগে তানবদি
ফংবা ঙম্লি অদুবু হে, মীংচৎ
নহাক্তি করম তৌরিবগে?
হংদবা য়াদবা ব্রাফমনি
মতাংসিদদি কনানা হেন্না লুমবগে।



## পুন্সিশি লোইনাইদবনি

ইমানা হায় য়ুম পানসি
মতাং চানা চানা চৎসি,
হৈ হেকসি,
হৈ খুনসি
খুদিংমক্কী মতমনি।

হৌখরে খন্না নুংনাংগনু
পুন্সি হায়বসি ওন্থোকপনি,
খনবগী লোইবা নাইদেদো,
পোক্লবদি মীওইনা তাইবঙদা,
তাইবঙ শিন্থা পাঙথোকপনি।

ইমানা অসুমনা হায়রি-
ব্রাদগৈ নুংশি ইব্রা
চাদগৈ নুংশি ইচা,
ব্রাহন্থোক কয়ানা লোইবা
খন্না নাইদবনি
পুন্সিশে লোইনাইদবনি।



# হা চেক্লাও

অতিয়া পাক্লা পাইরিবা চেক্লাও
ননিং নখা তম্মা পাইখোকো,
নুমিৎনা নোংপোক্তা থোকপনি,
নুমিৎনা নোংচুপ্তা তাবনি,
অমম-অঙান লংদাইদা
নয়ুম মাইকৈ পাংলরো।

নশুম লাংদা থুররো,
হে, তাইবঙ মীওইবশা
নখোয়শু ঙম্নমক নয়ুম-মাইকৈ
পাংলরে,
নফম লাংদা পোথারো
য়াহৌ ঙনবা শেন্দ্রাংদি
চেং মচং খুনবনি,
চাদ্রদি য়াদা থকতদি য়াদা
তাইবঙ পানশে
ওন্থোক্লশু লুখ্রেদা



## তারমদাই নুমিৎকী মঙালদা

তাবমদাই নুমিৎকী ঙঙান্নবা
মচু, সনা মচু মাল্লবা,
যেংবগী পেনবা নাইদেদো
সনা শোবোক লমজাওদা
নুমিৎ তাবা হানখ্রগনি
হাযদুনা হোবে হোবে
তৌবে;

স[illegible]দ্যগী মতম ওইববদা
কোনুংগী কাংশি খিংলক্লে,
যমথোং খুদিং আবাতিগী
খেঙ্গেলনা নিল্লবে:
লোইবা নাইদবা তাইবঙ
নিলানি,
পাংবানা ফমবাক্লি,
ঐখোযশিংনা শান্নবোই
নত্রগা দ্রমা যাওবিবশিংনি,
যুম পানবা তুবেলগী
লৈঙোইদগীশু হেন্না
কুপ্পী হাযবদুনি।



# ব্রাকংশিং

কালেনগী শাববা মৈশালক্তা
হুমাংনা জিব জিব চেন্থবি,
ওম্না চাকপা থম্মোইদি নহাক্কা
পাংখক ওইববি,
অদুবু হুমাংদি মশা মথন্তা
হাংচিং লাংবদা ফখি্র
থম্মোইগী মৈচাক্তি হেন্না হেন্নাদুম
ওমচাকনবকই,
হে, নোংদম্বা নহাক্কী লিলা
অঙকপনি,
শেম্বীবি মপুনদি তাইবঙ শিন্থা
পাংলুনবা
কদাই কল্লক যেংথি মবক্তা
খুবৌ থাংববা?
মদুশু লীলানি হাযনা
খল্লগদববা?



## প্রকৃতি অমসুং মীওইবা

শংনা ফজববা তম্পাক্লি
নাপী শিংনতনা থল্লবা,
চিংযাগী লৈকোলশু যেংবগী
পেনবা নাইহন্দ্রি;
শনজেননহা কযানা খুত্তা চৈবু
পাযদুনা মযুম মাইকৈশিং
পাংলক্লি;
উচেক ব্রাযাশিংনা উপাল
অমদগী উপাল অমদা
কোযপাই পাইবি।

নুংশিংশু লিবি লিবি
শিৎলবি;
তাইবঙ শিন্থাশু খুৎ থাববি
মযুম মাইকৈ পাংলক্লি,
যুম্না ঐখোযবু পোত্থানফম পীববি
ঐখোযবু নোংজু নুংশাদগী
ঙাকথোকপীবি।



# চিংশাং নাপোমশিং

ৱাংলবা চিংশাং নাপোমশিংনা
অতিয়াগা অমত্তা পাংখক ওইররী,
উচেক ৱায়াশিংনা কোয়পাই
পাইদুনা শান্নরি;
নিং-খা তম্বগী ৱাহস্তোক্তা
খেৎনবা পীরি
হে, তাইবঙ মীওইবা নহাক্তি
অৱা অনাতনা পীক থল্লি
ঐখোয়দি নহাক্কুম্বা নত্তেদো
তমজনফম ওইবিদো;
কল্লক য়েংথি যাওদবা
পুন্সিশিনি ঈশ্বরনা পীনবিরিবা;
হৈরাং-লৈরাং কয়াশু
শেন্থীবা মপুবু শক-শোঞ্জরি;
অদুবু মীওইবদি কদাই?
কল্লক য়েংথিনা পীক থল্লবা।



# তাইবঙগী চৎনরোল

পাম্বীশিংনা হায়রি-
ঐখোয়শু নখোয়গী মতেং পাংলরি
অঙম-অঙম চোপ-চোপ
চান্নরি;
অপিক অপিকপা
জীবা পানবা কয়াসু
হাংতোক হাংতোক চাবীবি;
মসিবুনি হায়নবিবা তাইবঙ পান
ময়াগী তাইবঙ পান্নি;
মীওইবনা মীওইবা মবক্তা
অথোই-অহেন তান্নরি
হায়নবি শিদগী হেনবা
করিবু লৈবিবগে?
পেম্মা য়েলহৌ ফাবী
পোলোয় যেংনরশি।



# ব্রাখল

খনবগী লোইবা নাইদবা তাইবঙ
খোঙচৎনি;
ঐতা নত্তে, নঙশুনি, মাশুনি
করি খেৎনবা লৈরিবগে?
খেৎনরিবদি ব্রাখল লোন্নি
তোঙান-তোঙানবা মীওইবশা:
চেং পুবগা চেং শিংঙি,
ব্রায পুবগা ব্রায শিংই,
ককপা যাদে মীওইবা,
খংঙু মীওইবশা-তবেৎকী
শেঞ্জানা লুবনি:
নুমিৎশু তাশিল্লককদৌরে,
ইয়ুম মাইকৈ পাংলগে
খনবগীশু লোইবা নাইদরি
শিরগা লোইবা তাইবঙনি
ইহে হায়রগা তোকপনি।



# লামৈ

অৱাংবা চীংথক্তা চাক্লিবা
লামৈ ও
অকি তুজুংবা যাওদনা
পবেং শানা চাক্লিবা
অউবা কযাদদি য়েংবগী
পেনবা নাইদ্রবগুল্লি।

লাপ্লা লংনা ঙাল্লিবা
যেংলা যেংলগসু মুৎপা নাইদেদো
অহোযনদুম যেংলগে খল্লক্লে
নুমিৎকী মঙালদদি যেংগে
খনবা নঙবু যেংবা ঙমদে
মুৎচখিনি মৈবিদি লিক্লনা
তাক্লবদা।

মীৎযেংগা পৈশাগা অকম-অযাং ওল্লবদা
কননা হেল্লি হায়ঙমদে,
নঙবু ফংগে খন্না থিববা
ফংলোই খন্না থিদববা
ফংলোই খন্না থিদবরা
অমুক্তদি লামৈ চাকখোকো
মীৎযেং পেন্না য়েংলগে।



## চৎলি ঐনা

পুং ৪ খুদিংগী চৎলি
হাংলবা সরক লমজাওনি
হায়না হুম্না চৎলি
লিরি হুম্বা মালংবনা
তপ্না তপ্না ঈশাদা য়েররি
ফাওররি মীৎশনা অনিদদি
তুম্লিংবা।



## চৎলিবা খোঙথাংদা

চৎলিবা খোঙথাংশিনা চুম্লবা
খল্লিবা ব্রাখলশু চুমলকই
তৎনা থানবা য়াদ্রবনি
নোংশু থিৎলি থিৎলি চুরি
খুত্তা শাটিন পায়দুনা
চৎলিবা পুংফমদা
কনানসু মীৎয়েং কারল চন্নদে
মাশু মানা থোকপা
ঐসু ঐনা থোকপা
মসিনি নুমিৎ খুদিংগী
লেপ্পা লৈতে থাঙলিবা
খোঙথাংদা।



## হিংখিগে হয়েংগীদমক

তোল্লা তাববা মীওইবনা
হয়েংগী কবিসু তৌঙমদে তাক্লিববা?
নত্তে, মীওইবা অদুম্না খনগনু,
থাশিদা নত্তে
লাকখিনি পুর্ণিমাশু।

মীওইপোক্তা পোক্লবদি,
তাইবঙগী শিন্থা পাংবনি,
অফবা খবাতশু তৌবমশি
তুংগী লক্লিম যাৎলসি
অফবন' মাংলমচৎনি,
য ভবন' তুংলমচৎনি।

হয়েং হাযবসিগী মকুমদা
থুম্লিবনি নচাশিংনা,
কৈদবু লৈবগে অচুম্বা,
কৈদবু লৈবগে অশেংবা,
ঙকপা বোগবা খুদিংমক
হিংখিগে হয়েংগীদমক।



## হকচাং

নুমিদাং ব্লাইবমগী মতমনি,
হব্লা নুংশিং চানবি,
তগৎ তগৎ তেকহল্লি,
অশেংবা হব্লা-নুংশিং শিংলবি,
ঙৈহাক্তি পোত্থাবি,

ওইশিল্লক্লবদা সন্ধ্যিযাগী মতম,
ঙম্নমক থবক ইনথাং লোইশিন্নবি।

ব্লাখলসু খনবগী লোইবা নাইদেদো,
ওইহল্লি অমহানি-অমহা,
চাদবসু যাদবনি,
শুদবসু যাদবনি,
খুদিংমক তক্লিবনি যাইফবি,
অহিং-নুংমিদাং কযানা পোথানফম পীবিবনি।

অঙকপনি তাইবঙপান,
পোৎলম অমত্তা ব্লাৎপা যাদেদো;
পুবম অমত্তা শোইবা যাদেদো,
থব্লায মঙা মীগা থানা তকক্লি
পুং ৮ দগী তাদনা
পোত্থানবিদো খুদিংমক।

